# নিত্য কর্ম্ম পদ্ধতি





শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা

ব্যবস্থাকারী

তাং ২০। ১১। ৯৬ ইং

শুভাকাঙ্ক্ষী :—

শ্রীগুরুমাইয়ুম ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী

স্মৃতি, ব্যাকরণ, কর্ম্মকাণ্ড, ধর্ম্ম শাস্ত্রী

গভর্নমেণ্ট ইম্ফাল সংস্কৃত টোলাধ্যাপকঃ

প্রকাশিকা :—

শ্রীফুবাইলাংথম ওঙবী শ্রীমতী পুর্ণিমাসী দেবী (গৃহিনী)
শিংজমৈ ৱাইখোম লৈকাই ইম্ফাল।

কোপি মশিং :— ১০০০ (লিশিং অমা)

ফোংবা :— তাং ৯।১।২০০১ ইং, লৈবাকপোকপা।
(পুর্ণিমা, মাঘস্নান হৌবা)

মমল্ : লুপা ৫০/- (য়াঙ্খৈ) ওনি।

ৱাংফম থোক্পা স্বত্ব অইবগীনি।

নমথম্ :— ডি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেস, বাবুপাড়া ইম্ফাল

## ৱাহৈ খৰদং

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ ব্রহ্মসভাগী ব্যবস্থাকারীশু ওইবিরিবা শ্রীফুরাইলাৎপম ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা স্মৃতি, ব্যাকরণ, কর্ম্মকাণ্ড, ধর্ম্ম শাস্ত্রীজীগী "নিত্য কর্ম্ম পদ্ধতি" কৌবা লাইরিক অসি পাক্সরে, মমাংদশু "নিত্য পূজা পদ্ধতি" কৌবা লাইরিক মচা ১ ফোংবিখ্রে, মতুংশু মীওইবশিংগী য়াম্না কান্নবা তঙাইফদবা হিন্দু শাস্ত্রগী চৎনবী মতুং ইন্না তৌদবা য়াদবা কয়া খংহনবিখি। হন্দক্কী অসিদি মীওই খুদিংমক্না নোংমগী তৌফম থোকপা খংদবা য়াদবা, মচা নিঙোল পোকপী মচা মমা কয়াগীশু তুংগী থৌরম হিরম কয়াদা জ্যোতিষ শাস্ত্রগী য়াম্না লুরবা কয়াবু মনিপুরী লোন্দা অর্থ হন্দোক-পিবা অসিনা সংস্কৃতকী জ্ঞান মপুং ফাদ্রবা মীওই খুদিংমকী কান্নবা সংস্কৃতি কয়া কয়া ফংলগনি হায়না আশা তৌজরি।

নিংশিংজনিংবা উদাহরণ অমনা মতম অমদা ইরমদম মনিপুর ইরৈপাক অসিদা লাইমক ওইরবা নাম ওইনা পণ্ডবা তাৱবদা মাননীয়াঃ পণ্ডিত প্রবরাঃ শিক্ষকাঃগুরু মহোদয়াঃ ওঝা রামনরায়ন দেব শর্ম্মা, ওঝা চন্দ্রশেখর (উপুস্না) দেব শর্ম্মা, ওঝা পরীক্ষিৎ দেব শর্ম্মা ব্যবস্থাকারী লাই অহুম্না ঙাম্বোইবিরমই মথং মথং পণ্ডিত ওঝা কয়া শন্দোকপিরমখি। অসিগুম্না গণিত শাস্ত্রজ্ঞাঃ ওঝা সনাজাওবা সিংহ, ওঝা তোম্বোই সিংহ, ওঝা হেমচন্দ (দেহিরাম) সিংহনচিংবা লাই অহুমগী শিষ্য কয়া কয়া পোকপিরমখি। অতুবু ঙসিদি কৈবা শিংবদি য়াম্না নিংখিরবা জোতিষি কয়া কয়া ফাওরকলে, লাইশিং অতুগা য়েংনবদি খেন্নবা উজরি। মতাং অসিগুম্বদা শ্রীশাস্ত্রীজিনা জ্যোতিষকী লুরবা খংবদা হেক্কা কান্নরবা কয়া অসিনা সমাজ

অসিগী মমা মপা, মচা, নিঙোল, ছাত্র ছাত্রী মীপুম কয়াগী খংদ্রবা য়াদ্রবা লম্বী কয়াগী লমজিং মৈরা ওইরগনি হায়না আশা তৌজে।

অরোইবদা অইববু প্রোৎসাহ পিজবগা লোইননা লেখকী লেখনীবু অতৎপা লৈতনা শুভ মঙ্গল পিবিরকুবা শ্রীহরিগী চরন্দা কোটি প্রার্থণা কচ্চরি।

শ্রীলাইময়ুম তোম্বীসনা শর্ম্মা
(অধ্যাপক)
শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই।

*********

## অইবগী রারোল

ঙসি ঐখোইগী সমাজনা ফনা চাঙখৎলবসু ধর্ম্ম, হৌন লোনচৎ অমদি থকশি খাশি লৈনরকুবগুম উরুবদগী লুংনাংদবা ঙমজদে শম্না হায়রবদা ওঝা, লাই গুরু, মথক থোংবা কয়াদা সন্মান রাৎলকপা য়ুমগী মবেম্মা ওইবী কয়ানসু মচা মমৌশিংনা পাঙথোক্লিবা মুতিগী ইরুজথোক্লগা ঈশ্বরগী মশক ওইরবা মুমিৎ, থা অমসুং বৃন্দাদেবী পৃথি মাতানচিংবদা ধূপ, থাঙমৈ, হৈ, লৈ অমদি ঈশিং অথনবা কয়াগা লোইননা পূজা কচ্চবা খুরুমজবনচিংবা পুম্নমক্লিদা ননাইনা শ্রীগণ-পতি, সরস্বতী ইমা, শ্রীগুরুদেবশিংবু হেন্না ফজহন্নিংদুনা নিশিংজদুনা খুরুমজরগা "নিত্য পূজা পদ্ধতি" হায়না কৌরম্বা অসি থরসু হাপচিন্দুনা অনিশুবা খুৎনমদা "নিত্য কর্ম্ম পদ্বতি" হায়না মমিং ওস্থোকচদুনা খ্বাই মীয়ামদা কান্নবা মত্তেং ওইগনি হায়বসি থমজবগা লোইননা লাইরিক অসি থোরাংজরি।

"জননী জন্ম ভূমিশ্চ স্বর্গাদপি গরীয়সি" ঐবু মী ওইনবা হোৎনবিরম্বী, মাতৃ দেবী ইবেম্মান দেবী পুন্সি চেংজেন লোমংবী ইমানা লাইবিক অসি ইষ্টদেব শ্রীরাধাগোবিন্দগী শ্রীচরন্দা বৎপিয়ু নচাগী মাতৃঋণ কোকচগে হায়না ইমাগী চরণবু হন্না হন্না খুরুমজরি।

পঙ্গনিংবা অমনা ডি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসকী মেনেজর ঐগী ইয়াম্বা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহ, শ্রীলোংজম্ ফাল্গুনী সিংহ অনিনা গ্রুপ য়েংবিবগা লোইননা মতম চানা পুথোকপিবগীদমকস্সু থাগচ্চরি। অরোইবদা লাইরিক অসিবু পাবিরিবা অমদি মিৎয়েং তাবিরিবা খ্বাইনা অশোই-অণ্ডাম থিবিক তাকপিরকপা অমস্যুং চুমথোকপিরকপা পুন্দা, মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচননবগী য়াথং লৌজরি। লোইননা প্রেস অসিগী ষ্টাফ থিবিকপুস্সু থাগচ্চরি।

সেবাদ —

শ্রীফুরাইলাৎপম ব্রজকিশোরী দেব শর্ম্ম, শাস্ত্রী

শিংজমৈ রাইখোম লৈকাই।

## য়াওফম তাকপা

ওঁ শ্রীগণেশায় নমঃ

## অথ নিত্য কর্ম্ম পদ্ধতি লিখ্যতে।

ওঁ পরমাত্মনে নমঃ

ধর্ম্মোঽস্তমূলানি—সদাচারগী মরুদি ধর্ম্মনি। ধর্ম্মগী অর্থদি শাস্ত্রগী বিধি ঙাকপনি। হৌজিক কাল শাস্ত্রগী বিধি ঙাকপগী য়ৈথাইবা মথল মঙাথক উবা ফংই। ১। বিধিগী মরমদা খংদবা। ২। বিধিবু থাজদবা। ৩। বিজাতীগী মতৌ তম্বদা হাকমনবা। ৪। মনিং-মখা তম্নরকপা। ৫। মহৌশানা তল্লবা মীওইশিং।

মরম অসিনা শাস্ত্র খিবিক্কী মফমদা থাজদবা ফোংদোক্লম য়াওই। অতুদগী মপুক্লিংদা শাস্ত্রাচারদা থাজদবা পোকই। দেশ অসিদা ফজখ্রবা শাস্ত্রাচার অমদি পরম্পরা খিবিক ঙাক্লকলবা স্বেচ্ছাচার অসিদা মনিং-মখা তৌবনা শাসনা য়াদবা লমচৎকী মখৌ তম্বদা পুক্লিং চংই। ঐখোইগী শাস্ত্রদা হায়রিবা আচারশিং শাস্ত্রাচারগী পান্থনা হকচাংগী পাঙ্গল লিংজেনতা নত্তনা উদার ভাব অমসুং ধর্ম্ম লিংজেন সত্বগুন্নচিংবা চাওখৎহল্লি। মীওইবদা পশুধর্ম্ম অমসুং জড়ধর্ম্ম তানমক লৈ। পশুধর্ম্মদগী ইনিং-ইখা তৌবদগী স্বেচ্ছাচার পোকই। করিগুম্বদা করিগুম্বা অমা তৌনিং-লক্লবদি মতুগী অফা-ফত্তা বিচার তৌরুদনা মতুমক পাংথোকপা হায়বসি শাগী ধর্ম্মনি। শাস্ত্রগী উদ্দেশ্যদি শাগী মতৌবু থাদোকপনি মরম অসিনা স্বেচ্ছাচাব থাদোক্লবা হোৎনেবা শাস্ত্রগী অপান্থনি। নত্রগদি জড়ধর্ম্মনা আক্রমন তৌখিগনি। জড়ধর্ম্মগী খুদমদি অতনবনি। শাস্ত্রাচারনা অতনবা মাংহল্লি, মহাক্কনা মীওইবগী লাইথুং-লাইনা য়াওদনা হকচাং ফনা পুন্সি হুংশাংব ধর্ম্ম তানশিন্দুনা ইহলোক অমদি পরলোক অনিগী অফবা লম্বী চংশিনবদা অপনবা থোকলকলোই।

১। অঙ ং ওইবিৗ জান ৈিি ঙ। ২। অহল ওইনরবা শে'লক্লবা। ৩। শিবমদাই নকশিংক্লবা মতম থাদোক্লগা ময়াই মতমদা—"শাংসি পুষ্পানি" ফলঙ্ক পুণ্য কাওবোই।

(ক) যঃ শাস্ত্রবিধি মুৎসৃজ্য বর্ত্ততে কাম চারতঃ।
ন স সিদ্ধি মবাপ্নোতি ন সুখং ন পরাং গতিম্॥ ২৩
তস্মাচ্ছাস্ত্রং প্রমাণন্তে কার্য্যা কার্য্য ব্যবস্থিতৌ।
জ্ঞাত্বা শাস্ত্রবিধানোক্তং কর্ম্ম কর্ত্তুমিহার্হসি॥ ২৪
(গীতা ১৬ অঃ)

(খ) "দিবাস্বপ্নং ন কুর্বীত স্ত্রিয়শ্চৈব পরিবর্জ্জেৎ।
আয়ুক্ষীণা দিবানিদ্রা দিবা স্ত্রী পুণ্য নাশিনী॥"

(গ "দিবা পুনর্ণ ভুঞ্জীত, চান্যত্র ফল মুলয়োঃ॥"

---

(ক) শ্রীকৃষ্ণনা তাকপি হে অর্জ্জুন। শাস্ত্রগী বিধি নিয়ম থাদোক্লগা অপাম্বনা হেত্তা থবক পাংখোক্লবদি মহুনা সিদ্ধি ফংদে শুংডাইবসু ওইদে অপেনবা শকংকসু ফংলোই। মরমসিনা শাস্ত্রনা অয -যাদ প্রমাণ ওই-ওইদে লেপকনি খংলগা শাস্ত্রগী থৌরম পাংথোক্কনি।

(খ) অঙাং নক্লবা যুমবাল্লবনা তুংখিল তুমলোইদবনি স্ত্রী সংসর্গ থাদোক্কনি। তুংখিনা তুম্বনা পুন্স মযেং তাই, বমনীগা সংসর্গ ওইবনা পুণ্য মংই পাপ ফংই। পরম্পরানা হায -যমুং তুমিদাং তুমননবনি অযুক তুংখিনদা ফমুংদা তুমহৈদে ফমুং মাংই, মাংই। তুমদবা য়াদ্রবসু অতোপ্পা মফমদা তুম্মা তুমগুবগী দোষ ফংলোই। ফমুংদগী কবিগুম্বা ওন্থবা থোক্লবদি থুদোং চাদবা দোষসু ফংগল্লি।

(গ) যুম পাল্লবা মীনা অযুক তুংখিনদা চাক অনিবক চাফদে, অতোপ্পা উহৈ-রাহৈ অমসুং অচাপোৎ চাবদি দোষ লৈতে।

## পান্না কো, চানবী মরম

(ঘ) পর্ণমলে ভবেদ্ ব্যাধিঃ পর্ণাগ্রে পাপ সম্ভবঃ।
জীর্ণং পর্ণং হরেদায়ুঃ শিরা বুদ্ধি প্রণাশিনী॥

অর্থ—পান্না-মনাক্টা, মল 'মথোক) না ব্যাধি-মতোঙ্গ পাপ, অপুক্না (অকংবা) না পুন্সি তেনবা, মনাগী মশিংনা বুদ্ধি মাংহন্নি। ফল্লবশিং অসি লৌথোকগা চাগনি। কা চাবা কৈ অঙ্বু য়ান্না চাবরদি মাংনবগী মশক্তি। মনা ডাক্তা চাবরদি দেহগী রোগ কয়া কোকই।

### (শয়ন বিধি—তুম্নগী মরম)

চাবগা তুম্নগা ধর্ম্ম মাইন্নে য়ান্না লেকশিনগনি, হয়েংদি য়েত্তা স্বর লৈবগা য়াহৌগদবনি হায়রবদি ওসি য়েত্তা স্বর লৈবা মতমদা য়েংলোমদা চাক ভক্কনা শাইরগা চাগনি, ওই ওইরবস্তু, পুক্কিং মুংডাইনা চাবগা তুম্নগা অফবা ওইগল্লি, চারবা তুংদা খোকাপ ১০০দগী ভাদনা চংলগা ফমুংদা কাখৎলগা হয়েংগী স্বর লৈবা মতাংদা য়াত্তাহনা পরমাত্মা জীবাত্মা ২ সংযোগ তৌতনা থল্লাইমি কোনশিন্দুনা অমদি গৃহ দেবতা খুকমলগা হরি নাম শোন্দুনা তুমগনি। অসুম তৌবরদি তুম্নদগী খুদোং থিবা থোক্লোই শিরোই নাবোই হায়না থংহনবিরমই।

অকুৎ-অতোং নাইবা, অমোৎপা শিন-কাং লৈবা, নাপী মথক, অরাংব কম্বল মথক, লৈনাক মথক অমসুং ফি য়াওদনা তুম্বা য়াদে।

ফমুংগী মনাক কোক মপাদা ঈশিং অংনবা পাত্র অমা থম্নগা গরুড় মন্ত্র শোন্দুনা তুম্নবদি অফবা মঙ্গল ফংই।

যৌ, ষণ, ব্রাহ্মণ, লাইগী মথক, মশা (হকচাং) শেংদবা, ফি অচোৎপা শেত্তুনা, কোক অরাং অমসুং নোংপ ওন্দুনা, মথক্তা পনখিবশিং অমদি হায়থ্রিবশিং অসিদা তুমহৈদে।

কাংথোক্লগা তুম্বনা ত্রিদোষ (দোষ অম্ম) মাংহল্লি, কফিংগী শয্যাদা তুম্বা (বাত-কফ) লোক থুংবা, মু শিং মনিং চৌবা কইল্লি। লৈবাক্তা তুম্বনা বাত-কফ-পিত্ত মুংশিং কাই হমম্তুং মিংকী তফবা মাংহল্লি, ফমুংদ তুম্বনা পেনবা, মোইবা ধৈর্য্য পাঙ্গল কনখৎহল্লি।

## (শাস্ত্র বিরোধ শাস্ত্রনা তাকপা)

মপুবোইবা লৈবীগা রতি লৈবদি মাইকৈ অনিগী ধর্ম্মদা মাংই, হায়বদি— হিংলিদৈদা পুন্সি তেলহল্লি, শিবগনা নরক তাই। ফংগদবা নরক্তি—মৈ ডাংনা ইকলবা য়োংশু কোলহল্লি। মরম অসিনা পর রমনীবু ইমাগুম নিংগনি অদুগা মীগী মরলদু লৈত্নুমগুম খনগনি অম্মুম্না তাকলম্মি।

লৈমিন্নরিবী স্ব ভার্য্যাগী ঋতু দর্শনগী নুমিত্তগী তঙ্কনি শুবা অহিংদা নুপীশিংগী ঋতু কালনি। গর্ভাধানগী মতম্নি। খুমিৎ ১৬নি শুবা মতম ফাওবা ঋতু পালনগী নুমিৎনি। জোড়া তাবা নুমিৎশিং ওইববদি নিপা ওইনা পোক্কনি। জোড়া (তুমা) তাদবা নুমিৎশিং ওইবগা নুপী পোক্কনি। খ্বাইদগী মমে চোম্বগা মাইকৈ অনিদা অফবা ওই; ১৫নি অমম্তুং ১৬নি অনিসিদা ফংজবা মচাদি নুপী ওইরবসু নিপা ওইববসু লাইগুম্বা অমা-অতা লৈএবা লৈত্রবী মচা শোইদনা ওইগনি। অদুনু ৬নি পানবা ৮নি পানবা অমাবস্যা পুর্ণিমা পক্ষ অনিগী চতুর্দ্দশী অনিমক দ্বাদশী মশা নিপা-নুপী অনিগী মপোক নুমিৎ মমা মপাগী জন্মদিন, রবি সংক্রান্তি হায়রিবা নুমিৎশিং সহবাস ওইফদে (ফিদিম্নযদে) কবিগুম্বা জীব ওইগ্রবদি— মমা, মপা, মশা (মচা) অহুমগী খুদোংথিবা অয়াম্বনা ওইগল্লি নত্রগা ফাইবোক পোকপা ওইগল্লি।

১। দক্ষ উবাচ।
রাত্রিশেষে সমুত্থায় চিন্তয়েৎ আত্মনো হিতং।
ইষ্টদেবং নমস্কৃত্য গুরুং বিশ্বগুরুস্তথা॥

২। ধ্যানমূলং গুরোর্মূর্ত্তি পূজামূলং গুরোঃ পদং।
মন্ত্রমূলং গুরোর্বাক্যং মোক্ষমূলং গুরোঃ কৃপা॥

৩। শ্রীগুরবে নমঃ।
অজ্ঞান তিমির রান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জন শলা কয়া।
চক্ষুরুন্মিলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

৪। করাগ্রে বসতি লক্ষ্মীঃ করমধ্যে তু সরস্বতী।
করমূলে স্থিতো ব্রহ্মা প্রভাতে করদর্শনম্॥

---

(১) দক্ষনা হায়—অহিং মমৈদা পুং মরিরোম তাবদা হৌরগা মাগী ফননবা ইষ্টদেব গুরু ঈশ্বরবু নিংজগনি। (ঐগী নোংমচুগী তৌগদবা খৌরম খিবিক নিংজগনি) ইপা, ইমা, শিক্ষা গুরু, পরমাত্মাবুসু খুরুমজগনি।

(২) নিংনবগী মরূদি শ্রীগুরুগী মশকনি লাৎনবগী মরূদি গুরুগী পাদনি। মন্ত্রগী মরূদি শ্রীগুরুগী য়াথংনি, লায়নবগী মরূদি শ্রীগুরুগী থৌজানি।

(৩) অসিগী তুংদা খুৎকী খুবাক অনিবু য়েংগনি, মন্ত্র অসি শোনগনি—অজ্ঞান তিমি রান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জন শলা কয়া… ‥॥

(৪) খুৎকী মতোন্দ লক্ষ্মী, খুৎয়াইদা সরস্বতী লৈ। খুৎকী মরূদা ব্রহ্মা লৈশেম্বা লৈ, নোংভাল্লকপদা খুৎ য়েংগনি।

## যাত্রা মন্ত্র

৫। ওঁ (নমো) শেক্তবংস প্রযুক্তা বৃষ গজ তুরগাঃ
দক্ষিণা বর্ত্তবহ্নিঃ।
দিব্যাস্ত্রি পূর্ণকুম্ভঃদ্বিজনৃপগণিকা পুষ্প মাল্য পতাকা ॥
সদ্যো মাংসংঘৃতং বা দধিমধু রজতং কাঞ্চনং শুক্লধান্যং।
দৃষ্ট্বা শ্রুত্বা পঠিত্বা ফলমিহ লভতে মানবোগন্তুকামঃ ॥

---

মণ মচা চেনবীনা য়েংওইননা অমৃত পিথত্রুনা লৈবা, মণ লাবনা খোশাব, শামু, শগোল, মৈবী যেংওইননা উবা, ঈশিং পুন অথনবা পুবী কন্যা, ব্রাহ্মণ, নিংথৌ, ক্না-য়োনবী, (পাঙ্গী) মশুংতা খোজৈ পাইহুনা অফবা মঙ্গল পীব, লৈ-পরেং ফিরান্না হুংশিং মৈরম পাংন হুম্ব, অশেম্ব মাংস মসিবু মৎস্য মোচন উশিন তৌবা অম্মম্না লৌনৈ ঘী পাত্র অথনবা উরগা, তারগা থাজরগা যাত্রা তৌরবদি হুমিত্তুগী অফবা ফল ফংই।

মশা (ইশা) না থীজরগা নিপানা "ওঁ" হুপীনা "নমঃ" হায়হুনা মন্ত্রবু থীগনি। নোংমাইজিং, লৈবাকপোকপা অমম্মুং শগোলশেন ওইরবদি য়েংতা স্বর হোবগা যাত্রা তৌগনি। নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশা অমম্মুং ঈরাই ওইবগা ওইদা স্বর হোরগা যাত্রা তৌগনি, থাংজ হুমিত্তি ইয়া য়াই। অম্মুম্না স্বর চি শিল্লগা "মাধব যাদব জনার্দ্দন" শোল্লগা যাত্রা তৌগনি। স্বর ফিরেপ শেংনা য়াহৌগ্রবদি থৌরম পুম্বা সিদ্ধি ওই।

৬। সমুদ্র মেখলে দেবী পর্ব্বতে স্তন মণ্ডলে।
বিষ্ণুপত্নি নমস্তুভ্যং পাদস্পর্শং ক্ষমস্ব মে ॥

৭। ওঁ প্রিয়দত্তায়ৈ ভুবে নমঃ ॥

৮। উত্তিষ্ঠন্তু সুরাঃ সর্ব্বে যক্ষ গন্ধর্ব্ব কিন্নরাঃ।
পিশাচা গুহ্যকাশ্চৈব মল মূত্রং করোম্যহম্ ॥

৯। মনু উবাচ।
একালিঙ্গে গুদে তিস্রঃ দশ বামে করে তথা।
উভয়োর্ষট্ প্রদাতব্যাঃ পৃষ্ঠে বাম করে তথা।
উভয়োঃ সপ্ত প্রদাতব্যাঃ তিস্রস্তিস্রঃ পাদদ্বয়োঃ ॥

---

(৬) সমুদ্রনা খ্বাংলাক ওইরিবী, চাং খিবিরা স্তনগী মশক ওইবিবী, বিষ্ণুগী পত্নি ওইবিবী হে ইমা পৃথিবী থক্তে ঐগী খোংনা শোকপগী লংজবা খিবিকপ্‌ চাকপিযু।

(৭) মন্ত্র অসি হায়দুনা খুৎনা লাইরক অহুম্নক কৎলগা ফমুং থাদোকনি। য়াহৌবগা বৃন্দা দেবী খুরুমগনি তুলসী মখোংদা নিংজবিবা দেবতা পুম্বা লৈ, অম্মম্না গণেশ, শিব, দুর্গা, নবগ্রহ, লক্ষ্মী, সরস্বতী, দেবতা খুরুমগনি, অমম-অতান থাইবিবা মিৎনা উবা স্বর্গা দেবতা খুরুমগনি, পুম্নমক্কী মঙ্গল পিনবিযু নিজগনি। অদুগী তুংদা মাংবশোইবগী শৌচালয় (অমাং-শাং) ওম্না চৎলগনি মলমূত্র তৌবগনি।

(৮) মলমূত্র তৌদ্রিবৈদা মন্ত্র অসি নিগনি উত্তিষ্ঠন্তু সুরাঃ··· খুবাক অহুম্নক খুগনি, চৎখ্রো যক্ষ, গন্ধর্ব, কিন্নর পিশাচা, গুহ্যকা কোবা লাই তিন খিবিক মলমূত্র তৌগে। য়েং থংবা নাকোংদা নোঙুন হাপ্লগা মলমূত্র তৌবদা খুদোং থিবা লৈতে।

(৯) মন্তুনা হায়বি—মাংবগী শেংবদি ঈশিং থোংদা অমুক, ঈশিংনা শেগনি, শেংচ (অমাংথোং) দা অভ্রুক লৈবাক নোইবগা ঈশিংনা চামগনি। ওই থংবা খুবাক্তু তবালক নোইগনি. ওই থংবা খুংনমদ ংকলক, অদুগী তুংদ খুং অনি তিন্নরগা তবেংলক, অদুগা খোংদোন মথক অনিদা অভুয়ক অভুম্লক নোইগনি। ফি যাংদনা মাংবা-খোংপসু হৌনদে লাই ওক্রববদি তি দে, লোইবগা ফি অদু তুমথোকনি হকচাং এঙ্খাই ইকজগনি নত্রবদি এথোইগী চংনবা বম্ম ওইদে, অস্তুন্না অমাং-মশেং নাইগনি।

শ্রুতিনা হায়বি—লাইদা কংনবা লৈ পুবিউঙে, ঈশিং অশেংবা পুবিউঙে, থাও তৈরিউঙে অমস্তুং ইকজহুনা লৈবিউঙে মলাংশিং অসিদা খুকম্বা অমস্তুং ওকপা তৌববদি মথোই অনিমক নরক তাই হায়বি।

শম্মনা হায়বি—চেল্লিব', ময়াই কারিবা (ভাংবিবা) মাংলিব ঈশিং চংলিবা অমস্তুং চাবি-থকলিবা, আচমন তৌবিবা, লাইপূজা তৌরিউঙে মতমদা মীবু খুকমফংবোই। খুং নামতনা খুব-মনববদি হকচাংনা, পুক্রিংনা তৌবা পূন্য পুন্নমক্কী মহৈ মাংই। মরম অসিনা খুং নামতনা খুকমফদে।

---

## দন্তকাষ্ঠ মন্ত্র

১০। আয়ুর্ব্বলং যশোবর্চ্চঃ প্রজা পশু বসুনিচ।

ব্রহ্ম প্রাজ্ঞাঞ্চ মেধাঞ্চ ত্বনো ধেহি বনস্পতে॥

---

(১০) দন্তকাষ্ঠদা মন্ত্র অসি শোল্লগা দন্তধাবন তৌগনি। হে নাবক্তেগী পোকপা উ নত্রগা বা মহাক্না এথোইগী পুন্সি চাওথংপা, পাঙ্গল কনবা, মিংচং ফবা, শক-চু থোকপা, লৈবাক প্রজা ইনাই-ইশল, লন-থুম খিবিক খুহুম চনবা অমস্তুং ব্রহ্ম থঙ্বা পিনবিযু।”

মাই অৰাং ওননা য়া থিল্লবদি মনাই-মশল, মতু-মচা ময়েং তাই। চিঙ্খে ওননা থিল্লবদি থবক পুন্না মঙ্গল ওই। য়া খিনবা হায়বসি কুমিৎ থোক্ত্রিইঙদা পাংথোকহৌগনি। খুৎপী অমদি খুংনিংথৌ অনিনা শিনগনি। দন্তকাষ্ঠ মথল য়ামথ্রে কংদ্রবদি য়া অমস্তুং পৈয়ানা দন্তকাষ্ঠ ওইবা য়াই, অচুম্বা মশা পান্দবা খুৎদোন ১২ শাংবা নত্রগা হুই অমা শাংবনা দন্তকাষ্ঠ ওইগনি।

অথাবা, অয়াকপা, অশিনবা, মনম মুংশিবা, ত্রিংশ পানবা, আঙৌবা মনপ মথোম থোকপা উগী কাষ্ঠনা দন্তকাষ্ঠ ওইগনি। মথোইশিংসিনা দন্তধাবন তৌরবদি য়া চেৎশিনবা হেল্লি। দন্তধাবন লোইরগা জিহ্বালেখ য়াম্না শেংনা তৌগনি অতু ওইরবদি লৈতোন য়াম্না শেংই, লৈ লোম্বসু কৈ হায়নৈ।

লোইরগা অরুব ঈশিং খুজোক ১২না চিন হন্না হন্না তেংগনি। খোইহি, পেরুক মনা তরেৎ সরস্বতী বীজমন্ত্র শোল্লগা চায়বদি বুদ্ধি মেধা চাওথৎলি। মতাংসিদা হকচাং তথ্যাই শেংদোক্লগা দেবতা পূজাগী লৈ হেকলমগনি, ইরুজরগা লৈ হেকপা য়াদে। তুলসীদি ইরুজরগা হেক্কনি।

## স্নান মন্ত্র

(১১)। গঙ্গেচ যমুনে চৈব গোদাবরী সরস্বতী।
নর্ম্মদে সিন্ধু কাবেরি জলেস্মিন্ সন্নিধিং কুরু॥

---

(১১) মন্ত্রসি শোল্লগা তীর্থ পুন্না নিংশিংদুনা মাই নোংপোক মত্রগা অৰাং ওন্দুনা স্নান তৌগনি (ইরুরগনি)।

## প্রণাম মন্ত্র

১২। সদ্যঃ পাতক সংহন্ত্রী সদ্যঃ দুঃখ বিনাশিনী।
সুখদা মোক্ষদা গঙ্গা গঙ্গৈব পরমাগতিঃ॥

১৩। ব্রাহ্মং ভৌমং তথাগ্নেয়ং বায়ব্যং দিব্য মেবচ।
বারুণং মানসঞ্চৈব সপ্ত স্নানং প্রকীর্ত্তিতম্॥

১৪। ওঁ (নমো) আব্রহ্ম স্তম্ভ পর্য্যন্তং জগৎ তৃপ্যতু॥

(১২) মন্ত্র অসিনা খুরুমগনি। শেংনা ইরুজববদি খুদক্ত পাপ কোকই, খুদক্ত অরাব মাংহল্লি। নুংভাইবা পিবি মোক্ষসু পিবি। গঙ্গাতনা অথোইবা গতিনি। কোক তুমদনা ইরুবদি স্নান কোদে।

(১৩) ওঁ বিষ্ণুঃ বিষ্ণুঃ বিষ্ণুঃ শোল্লগা আচমন অত্তুমক তৌগনি, মুপী ওইবগা "নমো বিষ্ণু" হায়না অমুক্তং শোল্লগা খুৎয়াইগী খুদোল অহুম য়াদ ওনশিল্লগা অমুক্তং থকনি। হকচাং মপালদি স্নান তৌরগা শেংই অতুগা মুংদি আচমমচিংবা তৌরগা শেংগনি।

(১৪) ঈশিং খুজোক অহুম্মা ব্রহ্মাদগী জগৎ পুম্বা পেনবিরো হায়না তর্পণ কৎকনি।

১। মন্ত্র শোল্লগা ইকজববু মন্ত্র স্নান হায়না কৌই।
২। হকচাংদা লৈবাক তৈববু ভৌম স্নান কৌই।
৩। হকচাংদা যজ্ঞগী উং তৈরগা আগ্নেয় স্নান কৌই।
৪। যণগী খুজিন্দগী চৌরকপা উফলনা শেংববু বায়বা স্নান।
৫। নুংশা শানা চবা নোংগী ঈশিংন লুববু দিবা স্নান কৌই।
৬। ঈশিংদা লুপ্পগা হকচাং শেংববু বরুণ স্নান কৌই।
৭। বিষ্ণুবু নিংশিংতুনা শোল্লগা ইকুববু মানস স্নান কৌই।

১৫। ওঁ নমো বিবস্বতে ব্রহ্মণ্ ভাস্বতে বিষ্ণুতেজসে।
জগৎ সবিত্রে শুচয়ে সবিত্রে কর্ম্ম দায়িনে।
ইদনর্ঘ্যং ওঁ নমো ভগবতে সূর্য্যায় সূর্য্য ভট্টরকায় নমঃ॥

## প্রণাম মন্ত্র

১৬। জবাকুসুম সঙ্কাশং কাশ্যপেয়ং মহাদ্যুতিং।
ধ্বান্তারিং সর্ব্ব পাপঘ্নং প্রণতোঽস্মি দিবাকরম্॥

## তুলসী স্নান

১৭। শ্রীকৃষ্ণ বল্লভে দেবী জগচ্চৈতন্যকারিণি।
স্নাপয়ামি জগদ্ধাত্রি কৃষ্ণভক্তি প্রদায়িনি॥

## তুলসী মখোাং তৈনবা

১৮। তুলসী সর্ব্বদা ভদ্রে সর্ব্ব কাম ফল প্রদে।
লেপয়ামি তব মূলং সর্ব্ব পাপ হরা ভব॥

---

(১৫) ঈশিং খুজোক তরেৎনা সূয্য দেবগী অর্ঘ্য কংকনি।

(১৬) জবাকুসুমগুম ভাংঙ্রানবা কাশ্যপ মুনি মপারি মচাম্না মহৎ ওইবা, অমম্বগী য়েরুবা ওইবা, পাপ খিনিক মাংহনবা, অয়ুক, নুংথিল শকওইবা খুরুমজরি।

(১৭) শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী দেবীনি জগৎ পুম্বা জ্ঞান পিনবীনি। হে জগৎ য়োকপী কৃষ্ণ ভক্তি পিনহৈবী স্নান কচ্চরি। (স্নানগী ঈশিং ইকোক্তা হাপকনি থরস্থ থক্কনি। মৃত্তিকাস্থ থবদং নমগনি।)

(১৮) তুলসী মতম পুম্নমক্ত, মঙ্গলগী শক্তমনি, অপাম্বা ফল খিবিক পিনহৈবীনি ইমাগী মুলবু তৈথোকচরি পাপপুম্ব কোকপিয়ু।

## তুলসী খুরুম্‌নবা মন্ত্র

১৯। বৃন্দায়ৈ তুলসী দেব্যৈ প্রিয়ায়ৈ কেশবস্য চ।
কৃষ্ণভক্তি প্রদায়িন্যৈ সত্যবত্যৈ নমো নমঃ॥

(ক) যন্মূলে সর্ব্ব তীর্থানি তবাঙ্গে সর্ব্ব দেবতাঃ।
যৎপত্রৈঃ পূজিতো বিষ্ণু তুলসি ত্বাং নমাম্যহম্॥

২০। অস্নাত্বা তুলসীং ছিত্বা যঃ পূজাং কুরুতে নরঃ।
সোপরাধী ভবেন্নিত্যং তৎসর্ব্বং নিস্ফলং ভবেৎ॥

## তুলসী চয়ন মন্ত্র

২১। ওঁ (নমো) তুলস্য মৃত নামাসি সদা ত্বং কেশব প্রিয়া।
কেশবার্থে চিনোমি ত্বাং বরদা ভব শোভনে॥
ত্বদঙ্গসম্ভবৈঃ পত্রৈঃ পূজয়ামি যথা হরিম্।
তথা কুরু পবিত্রাঙ্গি কলৌ মল বিনাশিনি॥

---

(১৯) বৃন্দাগী শক্তম ওইবসী তুলসী দেবী মিঙ্গৌবী কৃষ্ণগীসু চান্নবী, কৃষ্ণ ভক্তি পিনহৈবী, অচুম্বা শক্তমনা সত্যবতী থংনবী, হন্না হন্না খুরুম্‌জরি।

(ক) নংগী মূলদা (নখোংদা) তীর্থ পুম্বা শুনা লৈরিবী নশাপুম্বা লাইয়াম লৈরিবী, নংগী পত্র কয়ানা বিষ্ণু পূজা ফংলিবী, হে তুলসী ঈমাবু খুরুম্‌জরি।

(২০) ইরুজদ্রিদৈ হেক্লবা তুলসী পত্রনা পূজা কৎলবদি মী মহাক অদু অপরাধী ওইরে, মাগী পূজাদু মহৈ য়াল্লরোই। মরম অসিন' কৃষ্ণ সেবাগীদমক স্নান তৌরগা তুলসী হেক্কনি।

(২১) তুলসী কৌবী মহাক্তি অমুং শিংহোনবীনি, মতম লৈবা খিৱিক কেশবগী চান্নবীনি। ইমাগী পত্র খিৱিক কৃষ্ণ সেবাগ, দমক হেকচৱি। চঞ্চোনবী মুংশি চাংবী পিনবীমু- নশাগী পত্র কয়ানা হাৱি পূজা কচ্চৱি। অশেংবগী শক্তম মীতৌবী হে ইমা তুলসী! কলিগী অমকপা পাপ কয়া কোকপিমু ইমানা।

---

## মঞ্জরী চয়ন মন্ত্র

২২। তুলসী হেম রূপিণি রত্ন রূপিণি মঞ্জরী।
উত্তরামি কৃষ্ণ হরেঃ মম দোষো ন দীয়তাম্॥

## তুলসী হেকপগী মন্ত্র

২৩। করতাল ত্রয়ং চিনুয়াতুলসী দলম্।
যথা ন কম্পতে শাখা তুলস্যাঃ দ্বিজসত্তম॥

---

(২২) তুলসী কৌবা ইমাগী শক্তমদি সনাগী শক্লোন ওইবীনি। মঞ্জরী কৌবা ইমাগী শকাৱাংদি রত্নগী শক্তম ওইবীনি। হেকচৱি শ্রীকৃষ্ণ সেবাগী; পিনবীমু ননাইগী দোষ।

(২৩) খুবাক অক্তমলক খুৱগা মশা লেংহন্দনা ওইগী খুৎনা পাইৱগা খুৎ য়েংকী খুপী খুৎনিংথো অনিনা তুলসী মনা অমদি মঞ্জরী চেকশিন্না হেক্নি, মখোক য়াওদবা তুলসী কৃষ্ণদা কৎহৈদে, কৎপা মতাংদসু খুৎনিংথো অমসুং খুপী অনিমা মাগী নাম শোন্দুনা ভগবান্দা কৎকনি। লৈ ওইরগা খুপী খুৎয়াইনা সেবা তৌগনি। কংপগী মংদি—তুলসী লোংনা অহুগা হৈথাগোকমা উমা কৎকনি "যথা প্রমাণং যথোৎপন্নং তথাদেয়ম্" লৈ, তুলসী; হৈথাগোক, হান্না লৈরম্বগুম কৎকনি।

২৪। পত্রাণাং চয়নে বিপ্র ভগ্না শাখা যদাভবেৎ।
তদা হৃদি ব্যথা বিষ্ণোদীয়তে তুলসীপতেঃ॥

২৫। পূর্ণিমায়া মমা য়াঞ্চ দ্বাদশ্যাং রবিসংক্রমে।
তৈলাভ্যঙ্গে তথাস্নাতে মধ্যাহ্নে নিশিসন্ধ্যয়োঃ।
অশুচ্য শৌচ কালে চ বাণি বাসোহিতে তথা।
তুলসীং যে চ ছিন্দন্তি তে ছিন্দন্তি হরেঃ শিরঃ॥

## অথ চন্দনম্ (চন্দন থিনবা)

২৬। কেশবানন্ত গোবিন্দ বরাহ পুরুষোত্তমঃ।
পুণ্যং যশস্য মায়ুষ্য তিলকং মে প্রসীদতু॥
কান্তিং লক্ষ্মীং ধৃতিং সৌখ্যং সৌভাগ্য মতুলং মম।
দদাতু চন্দনং নিত্যং সততং ধারয়াম্যহম॥

---

(২৪) তুলসী পত্র হেকপদা মশা শেগাইবা তৎপা থুদেকপা ওইরবদি ভগবান বিষ্ণুগী থম্মোইদা অরাবা পিবগা মান্নে য়াম্না চেকশিন্না শ্রীকৃষ্ণ সেবাগী হেক্কনি।

(২৫) পুর্ণিমা, অমাবস্যা, দ্বাদশী অমদি নোংমাইজিং সংক্রান্তি নুমিৎ (থা লোইবা) হকচাংদা থোইদিং থাও তৈবা নুমিৎ, ইকজ-ত্রিতৈ, নুমিৎ চপ যু'বা, সন্ধ্যা মতম, নুমিদাং ১সুং হকচাং শেংদ্রবা য়ুম্মাং-কৈমাং ওইরবা অমদি নুমিদাং তুম্বদা শেৎপা ফি শেতুনা তুলসী হেকপা য়াদে চৎনদে।

বিশেষ :— শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা তুলসী লৈতবা মত্তাং ওইরবদি তত্তাইফদনা পূজা অচুৎংগী হেকপা য়াগনি। তৌইগুম্বসুং দ্বাদশী নুমিত্তদি হেকপা শুকয়া য়াদে, লম হেন্দুনা হেকলুরবদি ভগবানগী

কোক্তা শিজংনা থোগনবগুম অৱাবা ফংই। করিগুম্বদ কংনবা লৈত্রবদি ঙবাং কংপা পত্রশিং অতু চামথোক্লগা কংপা য়াই। মতু ফাঙবা লৈখিদ্রবদি তুলসী, তুলসী, তুলসী, অতুমলক হায়রগা কংপদা শ্রীভগবান্না পেনবী। মরম অসিনা তুলসী পত্র মাংজোননা য়াম্না চেকশিন্না যত্ন তৌগনি।

## চন্দন থিনবগী স্কন্দ পুরাণনা হায়রি

বৈষ্ণব ওইবা মীওইবনা চন্দন খিনবদা খোইনা শিংফদে, ভগবৎ নামনা মথক্কী নাম অসি শোন্দুনা চন্দন তক্কনি। তিলক হরি মন্দিরনি খংগনি। চন্দন চুম্না থিল্লবদি কান্তি মঙাল, লক্ষ্মী ধারণা (মুংঙাইবা) লাইবক ফবনচিংবা এগী পিনবীযু ভক্তনা এনা থিনজবি। চন্দন খুংনিংথোনা থিল্লগা লক্ষ্মী ফংই, খুংয়াইনা পুন্সি শাংই, খুপীনা চাওখৎপা নোংইবা অমসুং খুদোনবীনা মোঙ্গ ফংই। মঙাশুবা খুংনাওবীদি তৌহদে, চন্দন চৈনা থিনবদি ফজনবনি। চন্দন থিনফম মফম তরানিথোইনি দ্বাদশ তিলক কৌই, মতুদি—

২৭। ললাটে কেশবং ধ্যায়েৎ, নারায়ণ মথোদরে।
বক্ষ-স্থলে মাধবন্তু, গোবিন্দং কণ্ঠকূপকে।
বিষ্ণুঞ্চ দক্ষিণপার্শ্বে, বাহৌ চ মধুসূদনম্।
ত্রিবিক্রমং স্কন্ধবে তু, বামনং বাম পার্শ্বকে।
শ্রীধরং বামবাহৌ চ, হৃষীকেশন্তু স্কন্ধরে।
পৃষ্ঠেতু পদ্মনাভঞ্চ, কট্যাং দামোদরং ন্যসেৎ।
তৎ প্রক্ষালন তোয়েন বাসুদেবেতি মূর্দ্ধণি॥

পদ্ম পুরাণনা হায়রি উত্তর খণ্ডদা

মীওইবনা লাইবক্তো চন্দন শত্তাইফদনা থিনগদবনি। নত্রগদি শ্রীকৃষ্ণগী সেবা অমসুং মমা মপাগী তৌদবা য়াদ্রবা, মচা মগুগী ফনবা খোইরম খুদিংমক্তা অফবা মঙ্গল অমত্তু ওইদে, মবম অসিনা লাইবক্তা চন্দন থিনগনি। লেংবান্দা নগুম থাংত্নুনা কর্ম্ম ক্রিয়াশিং চিংখদনা পাংথোক্কনি।

---

২৮ নামাদি কেশ পর্য্যন্তং উর্দ্ধ পুণ্ড্রং সুশোভনং।
মধ্যে ছিদ্র সমাযুক্তং তৎ বিদ্যাৎ হবি মন্দিরং।

---

(২৮) মীওইবা বৈষ্ণবনা অস্নুম্না তিলক চুম্না মথাঙ্ক হাংমা ফজন শ্রীকৃষ্ণগী মন্দির শেম শাগনি, মাইগী লৈতেং ওইমবা ঙাক্তা মত্তে।

১। লাইবক্তা—কেশবায় নমঃ
২। পুক্তা—নারায়নায় নমঃ
৩। থবাক্তা—মাধবায় নমঃ
৪। খোবিদা—গোবিন্দায় নমঃ
৫। য়েৎকী পুকনোংগা—বিষ্ণবে নমঃ
৬। পাম্বোম য়েৎতা—মধুসুদনায় নমঃ
৭। য়েৎকী লেংবান্দা—ত্রিবিক্রমায নমঃ
৮। ওই থংবা পুকনোংগা—বামনায় নমঃ
৯। ওইগী পাম্বোমদা—শ্রীধবায় নমঃ
১০। ওইগী লেংবান্দা—হৃষীকেশায় নমঃ
১১। নঙ্গন্দা—পদ্মনাভায় নমঃ
১২। খাংদা—দামোদরায় নমঃ।

৩১। ত্বমেব চার্ঘ্যং প্রতিগৃহ্ণ দেব দেবাধিদেবায় নমো নমস্তে।

৩২। ওঁ এহি সূর্য্য সহস্রাংশো তেজোরাশে জগৎপতে।
অনুকম্পয় মাং ভক্তং গৃহাণার্ঘ্যং দিবাকর॥

## গায়ত্রী

৩৩। ওঁ নমো আদিত্যায় বিদ্মহে সহস্রকিরণায় ধীমহি
তন্নো সূর্য্যঃ প্রচোদয়াৎ॥

৩৪। জবাকুসুম সঙ্কাশং কাশ্যপেয়ং মহাদ্যুতিং।
ধ্বান্তারিং সর্ব্ব পাপঘ্নং প্রণতোঽস্মি দিবাকরম্॥

## জল গায়ত্রী

৩৫। ওঁ জলবিম্বায় বিদ্মহে নীলপুরুষায় ধীমহি।
তন্নো জল প্রচোদয়াৎ॥

## কাম গায়ত্রী

৩৬। ক্লীং কামদেবায় বিদ্মহে পুষ্পবানায় ধীমহি।
তন্নোঽনঙ্গঃ প্রচোদয়াৎ॥

---

(৩১) মন্ত্রশিং অসি থিরগা পূজাগী পোৎলম কৎলগনি। হে শকক লিশিং লিশিংনা শক্তম ওইবীবা, তেজ রাশিনা জগৎ মপু ওইবা। মঙান্না মৈ ওইবা, হে সূর্য্য নারায়ণ, প্রভু কচ্চরিবা অদাবু লৌবিবো। হে দিবাকর অমম্বব মাংহনবিবিবা জগৎ মপু ননাইবু চানবীয়ু। অসি হায়রগা খুরুম্নগনি।

(৩৪) ভাংত্রানবা জবাকুসুমগুম্না, কাশ্যপ মুনিগী মপাবি, মঙান্না মহৎ ওইবা, অমম্বগী য়েক্কবা ওইবা, পাপ খিবিক মাংহনবা, অয়ুক, নুংথিল শকওইবা খুরুমজবি। (নুমিৎ পুজা তৌবগা তেজ-বীর্য্য চাওখৎলি, শীতলা খুরুম্নগা লাইথোকপা লায়না চংদে।)

# মার্জ্জন

মীওইবা বৈষ্ণবা বৈষ্ণবীশিংনা হকচাংবু শেংননবগীদমক্তা শোয়দনা ইরুম্বনৈ। অতুদগী চন্দন থিল্লগা লাইগী থৌবম কযাশিং পাংথোক্‌নৈ, অতুবু লূরিবদি হকচাংগী মপান্দ ইরুরবনিনা শেংলে, ইন্দ্রিয় লুংদি আচমন, জপ মন্ত্র, শান্তি নত্তনদি শেংবা য়াদে।

আচমনগী ঈশিংগী চাংশিং—ব্রাহ্মণশিংনা থম্মোই ফাওবদং চোংহনবা য়াবা ঈশিংনা ওইগনি। ক্ষত্রিয়না খোজেং ফাওবদং যৌবা য়াবা ঈশিংনা, বৈশ্যনা চিন মক্তুং ফাওবদং, শূদ্র অমস্তুং মুপীশিংগীনা চিনবান চোংপদং কোন্নবা ঈশিংনা আচমন তৌগনি।

আচমনগী পাত্রশিং—কোরীগী পাত্রদা হাপ্লা ঈশিংনা আচমন তৌবা অমদি সঙ্কল্প তৌরবদি মঙ্গল হৌল্লি। অদুগা য়োং, পীথ্রাই, শেঙ্গুংগী পাত্রদা হাপ্লা ঈশিংনা আচমন তৌরবদি ফত্তে। থগেবা, হাকথি থনলা, শোকহৈদবা অমাংবা ফত্তবা থৌরম কয়া তৌরুরবদি অমুক হন্না আচমন তৌরগা য়েংকী নাকোং খুপীনা শোক্কনি। মুপীনা "ওঁ" হায়বা য়াদে "নমো" হায়গনি।

আচমনগী মন্ত্র— ওঁ কেশবায় নমঃ। ওঁ নারায়নায় নমঃ। ওঁ মাধবায় নমঃ। অস্নুম্না আচমন লোইবগা অমুক মার্জ্জন তৌগনি মসিসু হকচাংবু শেংদোকপা মন্ত্র স্নান মখলা অমনি। কুশ নত্রগা তিংথৌ নত্রগা তুলসী মনান ঈশিংদা লুপ্লগা মন্ত্র শোন্দুনা কোক্তা অমদি হকচাংদা থিক্কনি।

৪১। ওঁ তস্মা অরং গমাম বো, যস্য ক্ষয়ায় জিন্বথ,
আপো জনয়থা চ নঃ ॥ (১০ ম ৯ সূক্ত ৩ ঋ)

৪২। ওঁ ঋতঞ্চ সত্যঞ্চাভীদ্ধাত্তপসোঽধ্যজায়ত।
ততো রাত্র্যজায়ত ততঃ সমুদ্রো অর্ণবঃ ॥
ওঁ সমুদ্রাদর্ণবাদধি সংবৎসরো অজায়ত।
অহোরাত্রাণি বিদধদ্বিশ্বস্য মিষতো বশী ॥
ওঁ সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ ধাতা যথাপূর্ব্বমকল্পয়ৎ।
দিবঞ্চ পৃথিবীঞ্চান্তরিক্ষমথো স্বঃ ॥

---

৩৯—৪১ মন্ত্রশিংসিগী অবোক্তবদা ৫, র, থ, না লোম্বদা কোক্তা, সে, স, বো, না লোম্বনা অভিয়াদা, ন, ন, ন, অন্তম্না লোম্বুনা পৃথিবীদা থিক্কনি।

৪২। মহাপ্রলয়গী মতমদা পরব্রহ্ম মহত্ত্বমক লৈরম্মি, মতম অচুম্বদি পুন্নমকসি শুরক্না মমলম্মি। মথ দা সৃষ্টিগী মমাংদা ঈশিংনা চোল্লবা সমুদ্রনা অহানবদা পোকখি। মাইবংপানবরু শেম্মিবা মপুনা অচুম্বগী সমুদ্রগী ঈশিংদা তুংদুনা লৈরগা অসুক্ক করি থিল নাইহনবা সূর্য্য, চন্দ্র (নুমিৎ, থা) অমিনু শেমদুনা চাহি নাংলনা শিংননি হায়রদি মতম অচুম্বগী চৌদুনা অসুক নুমিদাং ঋতু নি থম কালেন উত্তরায়ন দক্ষিণায়ন চহিনচিংবরু নিয়ম কয়া নাইহনবিরকখিননি। অচুম্বগী মথং মথং ব্রহ্মানা মহ নচিংবা পৃথিবী, আকাশ, লোক ৪ (মরি) অমদি ভূ নচিংবা লোক অহুম্মকপু শেম্মিখি। স্বর্গ অমসুং মহ-জন-তপ-সত্য মরোন ওরেং শেমখিবনি।

৪৩। শান্তিরস্তু শিবঞ্চাস্তু বিনশ্যত্বশুভঞ্চ যৎ।
যত এবাগতং পাপং তত্রৈব প্রতিগচ্ছতু॥

৪৪। ওঁ স্বস্তি ন ইন্দ্রো বৃদ্ধশ্রবাঃ স্বস্তি নঃ পূষা বিশ্ববেদাঃ।
স্বস্তি নস্তার্ক্ষ্যো অরিষ্টনেমিঃ স্বস্তি নো বৃহস্পতির্দধাতু॥
ওঁ স্বস্তি ওঁ স্বস্তি ওঁ স্বস্তি॥ (১ ম ৮৯-৬ ঋ)

---

৪৩। পুক্রিংদা শান্তি ফংলসনু, ফজবপুম্বা মাংত্তনা অফবা মঙ্গল ওইরসনু, লাউশিল্লবা পাপ পুম্নমক লেপ্পা মাঙবা ওইরসনু॥

৪৫। মঙ্গল পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবা ইন্দ্রদেবনা ঐখোইবু ফুংঙাইবগী মশক ওইবা মঙ্গল পুন্না পিনবীসনু, জ্ঞান পুম্নমক্কী হৌবকফম ওইবা (সূর্য্য) দেবনা ঐখোইবু ফুংঙাইবগী মশক ওইবা মঙ্গল পুন্না পিনবীসনু, অচুম্বা লম্বীংদা চংবা, মঙ্গল চাওবা, কনানমু থিডমদবা, হিংসা তৌনবমু লৈদবা মাংবা তাকপমু নাইদবা, অতুম্বা কালচক্রগী নমদি অগনবা লৈরবা পুন্সি পোংচবনা মাগী ওইব শিবা নাইদবা "অরিষ্টনেমি" হায়রিবা কৌবা দেবতানা ঐখোইবু ফুংঙাইহনবা ওইনা অচুম্বা মঙ্গল পিনবীসনু, লাইশিংনা য়েংকপিরবা প্রধান মওং ওইবা বৃহস্পতি দেবনা ঐখোইবু তাকপি কোনবী লেখী শানবীবা ওইসনু। হায়বদি— লাই পুম্নমক্না ঐখোইবু তাকপি লোনবীসনু, অতুম্বা কনবী তাকপিবগী শক্তম অমগা হিংসা জান ওইবা ফংজনকপা ওইসনু অমিনি। অমম্বা শান্তি লৌদুনা দেহগী মুংংপান শোংলোকপিবা ফংহন্দনরকসনু, মঙ্গলগী শক্তম তত্তনা পিনবীরকসনু।

## সন্ধ্যা সেবা

শ্রীকৃষ্ণ নাম শোনগনি, "শ্রীকৃষ্ণায় নমঃ" মন্ত্রনা হৈ, লৈ, অগুরু-অহাং পোৎলম কয়া, ধূপ-দীপনচিংবা কৎকনি অদুগা খুরুমগনি।

### (চন্দ্র পূজা কৎকনি)

৪৯। হে চন্দ্র দেব আবাহয়ামি, সুস্বাগতঃ,
সু প্রতিষ্ঠিতঃ সুসন্নিহিতো সুসন্মুখ০ ভবতু।
ক্ষীরদার্ণব সম্ভূত অত্রিনেত্র সমুদ্ভবঃ।
গৃহাণার্ঘ্যং শশাঙ্কেদং রোহিণ্যা সহিতো মম॥

### গায়ত্রী

চন্দ্রায় বিদ্মহে শশাঙ্কায় ধীমহি, তন্নো সোম প্রচোদয়াৎ॥

### প্রণাম মন্ত্র

৫০। সর্ব্বদা চন্দ্ররূপেণ সহস্রাব্দ স স্থিতঃ।
এবং ব্রহ্ম স্বরূপো যস্তং চন্দ্রং প্রণমাম্যহম॥
জ্যোৎস্নায়াঃ পতয়ে তুভ্যং জ্যোতিষাং পতয়ে নমঃ।
নমস্তে রোহিণীকান্ত সুধাবাস নমোঽস্তুতে॥

---

(৪৯) ক্ষীরদ সমুদ্রদগী পোকপা, অত্রিগী মচা ওইবা, রোহিণীগা লোইননিবা শশাঙ্ক কোইবা মিথোনবা, লৌবীরো ননাইগী অর্ঘ্যনু।

(৫০) মতম লৈবা খিবিক চন্দ্রগী শক্তম ওইবা, মঙাল লিশিং শকতেনবা, এবং ব্রহ্ম শক ওইবা, চন্দ্র কোইনা মিংথোনবা খুরুমজরি ননাইনা। হে শান্তি মপু ওইবীবা ও, থরানমিচাক নিংথৌ ও, রোহিণীগী চান্নবা, হে অমৃতগী তুংনফম ও, খুরুমজরি ননাইনা।

## গণেশ পূজা

"শ্রীগণেশং আবাহয়ামি" এতানি পুষ্পদীপাদিনি শ্রীগণেশায় নমঃ।

### প্রণাম মন্ত্র

৫২। একদন্তং মহাকায়ং লম্বোদর গজাননং।
বিঘ্ননাশকরং দেবং হেরম্বং প্রণমাম্যহম্ ॥

### লক্ষ্মী পূজা ধ্যানং

৫৩। পাশাক্ষ মালিকাম্ভোজ সৃণিভি র্যাম্য সৌম্যয়োঃ,
পদ্মা সনস্থাং ধ্যায়েচ্চ শ্রিয়ং ত্রৈলোক্য মাতরম্।
গৌরবর্ণাং সুরুপাঞ্চ সর্ব্বা লঙ্কার ভূষিতাম্।
রৌক্ম পদ্ম ব্যগ্রকরাং বরদাং দক্ষিণেন তু ॥

---

৫২। য়া অনিথং পানবা, মশা চাওবা, পুকচোনবা শামু মকোক পানবা বিঘ্নি পুম্ন মাংহনবীবা লাইগী মশক ওইবা হেরম্ব হায়না মিঙ্গৌবা খুরুমজরি।

৫৩। পাশাস্ত্র কৌবা খুৎলাই অমগি দুগ্রীক পানবং, পদ্মাল, শামুকাটি খুৎলাইশিংনা লৈতেং ওইবিবী, ইকচাং যেৎ ... অনিগা ফজনা শরুমনা নিংথিবিবী, পদ্মাল হংদা আসন ওইনা লেংশিল্লিবী, ত্রিভুবনগী মমা ওইবিবী. সনা অহিংবা মুচুনা লৈতেং-লিবী. ফজরবা অভরণ লম্না ফজনিবী. সনাগী থগালনা ফজরবা খুদা চাঙ্খাল্লিবী (পোম্বিবী), অত্তোবা ফুরুন লৈতেংলিবী. হে ইমা লক্ষ্মি! ননাইগী মাংদা তাম্বোইবীরোনে, নিংজবগী বর পিনবীরনি নিংজরি ননাইনা।

## শ্রীং মহালক্ষ্মৈ নমঃ

৫৭। নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমং।
দেবীং সরস্বতীঞ্চৈব ততো জয়মুদীরয়েৎ॥
বন্দে বিষ্ণুপ্রিয়াং দেবীং দারিদ্র্য দুঃখ নাশিনীম।
ক্ষীরোদপুত্রীং কেশবকান্তাং বিষ্ণোবক্ষঃ বিলাশিনীম্॥

## নারায়ণ ধ্যান

৫৮। ধ্যেয়ঃ সদা সবিতৃ মণ্ডল মধ্যবর্ত্তী;
নারায়ণঃ সরসিজাসন সন্নিবিষ্টঃ
কেয়ূরবান্ কনক কুণ্ডলবান্ কিরীটীহারী
হিরন্ময় বপুর্ধৃত শঙ্খচক্রঃ॥

## গায়ত্রী

নারায়ণায় বিদ্মহে বাসুদেবায় ধীমহি তন্নো বিষ্ণুঃ প্রচোদয়াৎ॥

## প্রণাম

৫৯। ওঁ নমো ব্রহ্মণ্য দেবায় গোব্রাহ্মণ হিতায়চ।
জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥
লক্ষ্মী পূজায়াম্ ভিদ্রাবনারণং নপুংস্যাৎ॥

---

৫৭। মীরক্তগী অথোক্তবা ওইনীবা, মীদক ওইনস্ত শায়োনবা নারায়ণবু থুকমজদগা, দেবী সরস্বতীবুস্ত থুকমজরগা জয় মঙ্গল ফংজগদবা ওই তাকপিগ্রবা নাথং থুকমজবি। বিষ্ণুগী চান্নবী ওইবী দেবী শক্তমনা শান্ন-শকওং ওইবী, অরাবা তারশিংগা অরাবা মাংহন শক্তম ওইবী। ক্ষীরদ সমুদ্রগী মচোম ওইবী, কেশবগী চান্ন-শক ওইবী, বিষ্ণু দেবগী থবক্ত শাক্ত হৈবগী লক্ষ্মী রেখা (চিহ্ন) ওইরিবী। হে ইমা মহালক্ষ্মি দেবী থুকমজরি হন্না হন্না।

## অথ মহালক্ষ্ম্যষ্টকং

৬০। ইন্দ্র উবাচ।
নমস্তেঽস্তু মহামায়ে শ্রীপীঠে সুরপূজিতে।
শঙ্খ চক্র গদাহস্তে মহালক্ষ্মি নমোঽস্তু তে ॥ ১ ॥

৬১। নমস্তে গরুড়ারূঢ়ে কোলাসুর ভয়ঙ্করি।
সর্ব্ব পাপ হরে দেবি মহালক্ষ্মি নমোঽস্তু তে ॥ ২ ॥

৬২। সর্ব্বজ্ঞে সর্ব্ববরদে সর্ব্বদুষ্ট ভয়ঙ্করি।
সর্ব্ব পাপ হরে দেবি মহালক্ষ্মি নমোঽস্তু তে ॥ ৩ ॥

৬৩। সিদ্ধি বুদ্ধি প্রদে দেবি ভুক্তি মুক্তি প্রদায়িনি।
মন্ত্র মূর্ত্তে সদা দেবি মহালক্ষ্মি নমোঽস্তু তে ॥ ৪ ॥

---

৬০। দেবরাজ ইন্দ্রনা হায়জখি— হে মহামায়া শক্তম ওইবী, নিংথিবরা আসন্দা লেংশিনবিরিবী, লাই খিবিক্না পূজা কচ্ছবিবী, শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্মন, খুৎকী লৈংহনবিরিবী হে মহালক্ষ্মি ইমা! হন্না হন্না খুরুমজবি।

৬১। হে গরুড়গী ওান্তোইবিবী, নাখোঙ্গী হিংচাবশিংবু কিহল্লিবী, পাপ খিবিক মাংহনবিবী, হে দেবি মহালক্ষ্মি খুরুমজবি।

৬২। হে খুদম-উদম খংগনবী মনাইশিংগী অপাম্বা বর খিবিক পিনহৈবী, ভমথিবা মীওইশিংবু অকিবা ফংহনবী, পাপ পুম্নমকপু কোকপিবিবী হে মহালক্ষ্মি দেবি ইমাবু খুরুমজরি।

৬৩। হে মহালক্ষ্মি! ইমাদি সিদ্ধি পাংথোকচবা ওমজবা অমদি চাওখৎপা বুদ্ধি পিনহৈবীনি, অয়ান-পুভমবু মু ওাই-য়াইফ মপোকপসু পিনহৈবীনি। মতম পুম্নমক্তা মন্ত্রনা ইমাগী মূর্ত্তি শক্তম ওইবীনি, হে ইমা। খুরুমজবি ননাইনা।

৬৪। আদ্যন্ত রহিতে দেবি আদ্য শক্তি মহেশ্বরি।
যোগজে যোগ সম্ভূতে মহালক্ষ্মি নমোঽস্তুতে ॥ ৫ ॥

৬৫। স্থূল সূক্ষ্মে মহারৌদ্রে মহাশক্তি মনোহরে।
মহা পাপ হরে দেবি মহালক্ষ্মি নমোঽস্তুতে ॥ ৬ ।

৬৬। পদ্মা সন স্থিতে দেবি পরব্রহ্ম স্বরূপিণি।
পরমেশি জগন্মাত মহালক্ষ্মি নমোঽস্তুতে ॥ ৭ ॥

---

৬৭। হে মহালক্ষ্মি। অহৌ-অরোই নাইদবী, আদ্যা শক্তি লাংওনবী মহেশ্বরি মিঙ্গোবী। প্রকৃতি পুরুষ শকওনবী, ইমাগী শক্তি জ্ঞান লৈশেমজৈদা থঙ্গদবী, যোগদগী পোকচবী। যোগনা শক্তম ওইবী হে দেবি ডাংঙাইবী খুরুমজরি ননাইনা।

৬৫। হে মহালক্ষ্মি। অপো-অকুপ শকওনবী, লৈশেম কান্দ অচৌ শক্তম ওইনিবী, (লা ওনবী) প্রলয় মতমদা রৌদ্র মূর্ত্তি শাগোনবী। জগৎ সংহার ওইবিবী মহাশক্তি শাওমদা উৎপুৎপা গইন্তু দা চিংশিনবী হে মহাপাপ হারিণি। মীওইবন হৌকচাংনা রাখলনা, ইচিন্ন। তৌজখিবা পাপ কয় বু লোকপিরিবী হে ইমা দেবি খুরুমজারি ননাইনা।

৬৬। হে ইমা মহালক্ষ্মি। পদ্মালথক ফমলিবী, পরং ব্রহ্ম শকওনবী, অথোই শক্তম লাংওনবী, জগৎপুম্বগী মমা ওইবিবী মহালক্ষ্মিবু খুরুমজরি।

* .গ্রাকশিং অসিগী অরোইবদা "নমোঽস্তুতে" হায়রসিদা য়ানবিবা (ঽ) অনি (ত) নি। ম'সবু পাব মতমদা করিমত্তা তোপনা পাগনি। থাইদোক্লনা নখ ত যবদদি নমঃ অস্ত হে অর্থনা অমুম্না হনগনি:— খুরুমজরি নত্রগা খুরুমজনা ওইহনবীয়ু।

৬৭। শ্বেতাম্বর ধরে দেবি নানালঙ্কার ভূষিতে।
জগৎ স্থিতে জগন্মাত মহালক্ষ্মি নমোঽস্তুতে ॥ ৮ ॥

৬৮। মহালক্ষ্ম্যাষ্টকং স্তোত্রং যঃ পঠেৎ ভক্তিমান্নরঃ।
সর্ব্বসিদ্ধি মবাপ্নোতি রাজ্যং প্রাপ্নোতি সর্ব্বদা ॥ ৯ ॥

৬৯। এককালে পঠেন্নিত্যং মহাপাপ বিনাশনং।
দ্বিকালং চ পঠেন্নিত্যং ধনধান্য সমন্বিতং ॥ ১০ ॥

---

৬৭। হে শ্বেতাম্বরধারিণি ! অঙৌবা আভরণ-ভনা লৈংেংবী হে নানালঙ্কার ভূষণে ! মথল-মথেল কয়াগী ফজবা অলঙ্কার ভূষন্না চাঙ্খাল্লিবী, হে জগৎস্থিতে ! জগৎপুম্বগী অধিপাত্ শক্তম ওইরিবী, জগংকী চংজফম ওইবী জগতস্মু চানবিবিবী জগৎমাতা, ত্রিভুবনগী মমা ওইরিবী হে দেবি। পুমজান ভাখোইবিবী হে মহালক্ষ্মি ইমা ইবেম্মা চাংবী হৈবী ননাইনা খুকমজরি।

৬৮—৬৯। অসিগুম্নবা মীওইনা ইমা মহালক্ষ্মী ভক্তিনা তিনবা ওইজববদি চানবী হৈবী দেবীগীথক্তা বর্ণনা তৌখিবা মরুগী মশাক ওইরবা শ্লোক ৮ (নিপাল) অসি মতম পুম্নমক পাঠ কচ্চবদি মশাম খিবিক সিদ্ধি অপান্থি, নিংথৌব ফংজগনি। লক্ষ্মী ইমাগী থৌজান্দগী অরাৎ-অপা লৈতনা মীপোক-মীহেন ওইগনি। হায়রিবা শ্লোক ৮ অসিবু নিতি-নিয়ম কাইদনা নোমগী অমুক্তং শোইদনা পাঠ তৌজরবদি মহাপাপ কোরনি অমদি শোইদনা নিকনা পাৎতঃ অমদি সায়ং (অপুক মুমিদাংবাই) মতমদা অনিশুক মিংগা পাঠ কচ্চরবদি লন, ফৌ-চেং অমসুং ইচাক-ইরন শোইদনা ফংজগনি।

১০। ত্রিকালং যঃ পঠেন্নিত্যং মহাশত্রু বিনাশনং।
মহালক্ষ্মী ভবেন্নিত্যং প্রসন্না বরদা শুভা॥ ১১॥
ইতি ইন্দ্রকৃতঃ শ্রীমহালক্ষ্ম্যষ্টক স্তবঃ সম্পূর্ণঃ॥ *॥

---

১০। প্রাতঃ মধ্যাহ্নঃ সায়াহ্নঃ (অমুক, নুমিৎয় বা, সন্ধ্যা) হায়রিবা মতম অহুম অসিবু কাইদনা ইম। মহালক্ষ্মীগী মন্ত্র নিপাল অসিবু পাঠ কচ্চবরদি মহাঙ্কী মহ,-শত্রু (য়েক্লবা) মাংহলবীগনি লোইননা মঙ্গল কয়াম্থু পিনবীগনি।

হরি॰ ওঁ

মতা অসিদা দেবরাজ ইন্দ্রনা শ্রীমহালক্ষ্মিগী স্তব নিপাল স্তুতি কচ্চখিবগী সম্পূর্ণ ওইরে।

**********

## শ্রীসূক্ত মন্ত্রঃ

ওঁ হিরন্যবর্ণাং হরিণীং সুবর্ণ রজত স্রজাম্।
চন্দ্রাং হিরন্ময়ীং লক্ষ্মীং জাতবেদো মমাবহ॥ ১॥

ওঁ তাং ম আবহ জাতবেদো লক্ষ্মী মনপ গামিনীম্।
যস্যাং হিরণ্যং বিন্দেয়ং গামশ্বং পুরুষানহম্॥ ২॥

ওঁ অশ্বপূর্ব্বাং রথমধ্যাং হস্তিনাদ প্রবোধিনীম্।
শ্রিয়ং দেবী মুপ হ্বয়ে শ্রীর্মা দেবী জুষতাম্॥ ৩॥

---

মৈদা ফূদোংলুববা সনাগী কুচু লৈংংবী, শজিমিগী উমজবী, সনাগী, লুপাগী লিক্লাং পরেংনস্ত থোল্লিবী। মাইথোংনা থাজবু উমজবী, লক্ষ্মী কৌবী মিংথোনবী, হে নারায়ণ জাতবেদ কৌবা মৈ ঐগী ওইনা কৌবীবু॥ ১॥ হে জাতবেদ! মকম কৈদস্ত লেংথোক-কন্দ্রবী ইমানি, লেংবু লেংথ্রবদা অমুক লেংশিনবীরকখিনি হায়না থাজনিংঙাই ওইদ্রবীনি। ইমা লক্ষ্মীবু ঐগীদমক কৌবীযু, ইমালক্ষ্মী সনা, লুপা, ষণ, শগোল, শামু পুরুসতা পুম্বা তিল্লি, ঐনা ঐগী ওইনা ফংজগে কৌবীযু॥ ২॥ হে মৈবী চথোন্না ঙাননীববা অগ্নিদেব! শকওং শত্তম শাদা চথোনবী ময়াই কানা ফজবী। শগোল কয়া-কয়ানা মাং থানা থোগল্লিবী, মনি-মুক্তা কয়ানা মকম চানা থাম্লিবী। ফজববা দোলাই থক্তা লেংথংলিবী, মচুম তারবা শামুলাব অমোম কযাগী হৌব-থোঙ্গেন্না যাহৌ মিকপ থোক্লিবী। দেবী ওইবী ইমা লক্ষ্মীবু কৌবীরো মনাইগীদমক। লীলা কয়া শান্নহৈবী ইমানা ফংজনবীবা সেবাদো চাননীহুনা য় হনবীরো॥ ৩॥

ওঁ কাং সোস্মিতাং হিরণ্যপ্রাকার মার্দ্রাং জ্বলন্তীং তৃপ্তাং তর্পয়ন্তীং। পদ্মে স্থিতাং পদ্মবর্ণাং তা মিহোপ হ্বয়ে শ্রিয়ম্॥ ৪ ॥

ওঁ চন্দ্রাং প্রভাসাং যশসা জ্বলন্তীং, শ্রিয়ং লোকে দেব জুষ্টা মুদারাম্। তাং পদ্মিনীমীং শরণং প্রপদ্যে, লক্ষ্মী র্মে নশ্যতুং ত্বাং বৃণে॥ ৫ ॥

ওঁ আদিত্যবর্ণে তপসোঽধিজাতো, বনস্পতি স্তব বৃক্ষোঽথ বিল্বঃ। তস্য ফলানি তপসা নুদন্তু, মায়ান্তরা যাশ্চ বাহ্যা অলক্ষ্মীঃ॥ ৬ ॥

---

হে মৈ কৌবা লাই! মীওইবগী রাখলনা, পুক্লিংনা, চিন্না, ইমাগী শক্তম শিংথাবদা লোইনাইদ্রবী ব্রহ্মগী শক্তম ওইবী শ্রংিনা শকওং তাক্লিবী। সনাগী মতৌগুম মহী চেন্না লংলিবী, থজিক মোমোন শক্তম্না শগোল, শামু, ষণবী, হী-য়াই অমস্তং মনাই ভক্ত কয়াগী অরাং-অপা লৈহন্দনা লক্ষ্মীগী শক্তম ওইবী। খম্বাল থক্তা ডাম্বোইবিবী, অভৌবা থম্বালগী শকওংগুম ওইবী ইমা শ্রীলক্ষ্মীনা মফম অসিদা লেংশিনহনবিরক্লো॥ ৪ ॥ থাগুম অমৃত শিন্থইবী, ফজবা, নিংথিবা, মিংচৎনা ডাম্বোইরিবী, দেবতা কয়ানা সেবা তৌরিবী (পামজরিবী) দেবতাশিংবু অপাম অপাম্বদা পিংইবী। খম্বাল লৈনম চঞোনবী, ইহলোক্তা চংজরক্লিবশিংবু ডাকপিইবী। হে শ্রী! ফজবী ইমা পুকচেল চাওবী। মনাইগী অলক্ষ্মী মাংহনবীয়ু ইমাগী চরন্দা শরণাগত ওইজরি॥ ৫ ॥ তনৌ-ংনৌনা থোরক্লিবা কুমিংকী মঙান্না তমজনিংঙ ই ওইজবী হে ইমা লক্ষ্মি! উপাল্লক্তগী অথোইবা হৈথাগোক, তপস্যাদগী বনস্পতি মিংথোনবী। বিল্ববৃক্ষ ইমাগী খুত্তগী পোকখিবী, “বামন পুরাণদা কাত্যায়ণী বচন লৈগ্রবী” অতুগুম্বা অমনবা হৈথাগোক মহৈশিংনা ইন্দ্রিয় কুংগী মায়াগী খংদ-উদা থোরম কয়া অমদি মপান্তোংগী ইন্দ্রিয়গা মরি লৈনবা অলক্ষ্মী অমঙ্গল পুন্নমক তাম্বোকপিখ্রো, ইমাগী চরন্দা খুরুমজরি॥ ৬ ॥

ওঁ উপৈতু মাং দেবসখ কীর্ত্তিশ্চ মণিনা সহ।
প্রাদুর্ভূতোঽস্মি রাষ্ট্রেঽস্মিন্ কীর্ত্তিমৃদ্ধিং দদাতুমে ॥ ৭ ॥
ক্ষুৎ পিপাসা মলাং জ্যেষ্ঠা মলক্ষ্মীং নাশয়াম্যহম।
অভূতি মসমৃদ্ধিং চ সর্ব্বাং নির্ণুদ মে গৃহাৎ ॥ ৮ ॥
ওঁ গন্ধদ্বারাং দুরাধর্ষাং নিত্যপুষ্টাং করীষিণীম।
ঈশ্বরীম্ সর্ব্ব ভূতানাং তামিহোপহ্বয়ে শ্রিয়ম্ ॥ ৯ ॥

---

হে শ্রীঃ দেবসখ মহাদেবগী মরুপ কুবেরন কীর্ত্তি বৌবী দক্ষ কন্যাগা লোইননা মনি-মনিভদ্রা, চিন্তামান নথোইস্ম লোইনতুনা ফোগৈ, লনগৈ অমদি মনি-মুক্তা কয়া রাংহন্দনা মুংঙাইহল্লকউ। ঐনা অসিগুম্বা রাষ্ট্র অসিদা লৈরুরগে অদুম্না "রত্ন কোষদ" বচন লৈগ্রবী হে ইমা লক্ষ্মি ! ননাইগী কোষ অমদি অচা-অথক হিংজনবা মচাক পুম্বা অরাং-অপা খিবিক লৈতনা থলহনবিরকপবু পিনবিবো থুকমজরি ॥ ৭ ॥ ঐগী থক্তা পোকখ্রবী চাদ-থক্তা অরাম খোরাং মৈচাক্লা শক-চু থোক্তনা শকওল্লবী অলক্ষ্মী কোৌবী মাবু তাঙ্খোক্তনি তাকপিগ্রবী ইমানি। হে চানবী হৈবী চঞ্জোননী ইমাগী থোক্তান্না ঐগী য়ুমগী ওইবা ভমদ্রবা সম্পত্তি কয়া শেমগৎ-শাগৎ ভমজদ্রবা চাওখৎ খোংথাং ফংজদ্রবা পুম্নমকপুম্ব ঐগী য়ুমদগী তাঙ্খোকপিখ্রো, অফবা খোৌবাং খিবিক ভমহনবিরো থুকমজরি ॥ ৮ ॥ হে, লৈশু কয়াগী হেনম, লৈনম থুংশিববী, চন্দন কয়াগী মনমতনা হরাঙ ওয়াম ওইজবী। কনানম্ম থিংবা ঙমলোইদ্রবী মতম পম্বা অনৌ অপেন, মই-মরোং খিবিক চাওখৎ ওইবী। অকংবা মন্ত্রী কয়ানা নীংথৌম রাৎদবী, শগোল, শামু, মণ কয়ানা অরাং-অপা লৈতনা চাওখৎচবা, ইমা লক্ষ্মীবু মফম অসিদা কৌজশিয়ে হেশিনহনবিরক্লো হে অগ্নিদেব ! লৌবিয়ু ননাইগী অর্থাবু থুকমজরি ॥ ৯ ॥

ওঁ মনসঃ কাম মাকুতিং বাচঃ সত্যমশীমহি।
পশূনাং রূপমন্নস্য ময়ি শ্রীঃ শ্রয়তাং যশঃ ॥ ১০ ॥

ওঁ কর্দ্দমেন প্রজা ভূতা, ময়ি সম্ভব কর্দ্দম।
শ্রিয়ং বাসয় মে গৃহে, মাতরং পদ্মমালিনীম ॥ ১১ ॥

ওঁ আপঃ সৃজন্তু স্নিগ্ধানি, চিক্লীত বস মে গৃহে।
নি চ দেবীং মাতরং, শ্রিয়ং বাসয় মে কুলে ॥ ১২ ॥

---

হে শ্রিঃ ইমা ! পুক্নিংগী অপাম্বা সঙ্কল্প বাক্যসি ইমাগী অশেংব থোজাল ওইকনবীহুনা এখোই পুম্বা ফংহনর্বারো। যণ, ঈরোই, শগোল, শামুশিংগী অশেংবা অমৃতনা লোখোং চেনবী, ইশক-ইতৌ ৱাথল চঙ্গোম্না পোকচবা মপোক, সম্পত্তী, মিংচৎ ইমাদা নিজন্বিব সত্য সঙ্কল্প ওইহনবীযু ননাইবু ॥ ১০ ॥ হে শ্রীঃ কর্দ্দম কৌবা নচা ইবুংঙোনা অথোইবা মচা কয়া শন্দোকখিব অহু ননাই এঙোন্দস্ন ফংহনবীযু। হে কর্দ্দম ! ইমা লক্ষ্মীগী মচা ওইবীবাদা এগী য়ুমদা লেংদনা লৈবীয়ু। থম্বাল পরেংনা ঙক্কী লৈতেং ওইরিবী, ফজ-শঙ্কম্ন নিংথিবী ইমানা ঐগী শাগৈদা লেংদনা লৈবীরো। ননাইগী বংশসি ইমানা লেংদনা লৈজবী ওইহনবীয়ু। কৌবীয়ু ইমাবু হে জাতবেদ ! খুকমজরি ননাইনা ॥ ১১ ॥ আপঃ অপ হায়বদি জলগী দেবতানা মবেক-মতাও মপুং ফাব অমৃত চেনবা অহুগুম্ব নোংবু শিন্থহনবীয়ু হে চিক্লীত ! চিক্লীত কৌবা ইমাগী মচা ইবুংঙো, নহাক্না এগী য়ুমদা লেংদনা ইমাগা লোইননা লৈবীয়ু। চানবী হৈবী ওইবী, দেবতা শীলা ওইবী ইমা শ্রীদেবী লক্ষ্মীবু ঐগী বংশদা তংন-থানা লৈতনা লেংদনা লৈহনবীয়ু। কৌবীরো হে জাতবেদ ! খুরুমজরি ॥ ১২ ॥

ওঁ আর্দ্রাং পুষ্করিণীং, পুষ্টিং পিঙ্গলাং পদ্মমালিনীম।
চন্দ্রাং হিরন্ময়ীং লক্ষ্মীং জাতবেদো ম আবহ ॥ ১৩ ॥
ওঁ আর্দ্রাং যষ্করিণীং যষ্টিং স্নবর্ণাং হেম মালিনীম্।
সূর্য্যাং হিরন্ময়ীং লক্ষ্মীং জাতবেদো ম আবহ ॥ ১৪ ॥
তাং ম আবহ জাতবেদো লক্ষ্মী মনপ গামিনীম্।
যস্যাং হিরণ্যং প্রভূতং গাবো দাস্যো অশ্বান বিন্দেয়ং পুরুষানহম ॥ ১৫

---

হে চিক্লীত ! লক্ষ্মীগী মচা ইবুংঙো মহাক্না শেমগৎ-শাগৎ মপুং ফাহনবীয়ু। শান হৈবী ইমানা শানফমশিংদা লেংশিনবীবক্লো। মাইকৈ ডাকপা শামুগী মনাতোন্না পুবকপা ঈশিংনা অভিষেক কৎপগী চোৎ-চোৎ লাওনা থোৎচ নৌজরিবী মিৎত পিঙ্গলানা লৈতেংবী। ডক্তা থগাস পবেংনা লৈতেংবী, থম্বাল বন্দা চাক্তারিবী চন্দ্র (থা) না দেবতা ওইবী। মনাগী মুস্তিগুম চথোনবী ইমা লক্ষ্মীবু হে জাতবেদ ! মৈ কৌবা দেব ! মহাক্না চানবীহুনা ঐগী বংশদা কৌবীবো ॥ ১৩ ॥ হে মাইকৈ ডাকপা ! শামুনা তীর্থদগী জল কয়া পুবক্তুনা চাইথবকপগী হকচাং পুথ লেক-লেক লাওনা নিংথিরিবী। মনা অহিংবগী কুচু মানবী, কক্ষ দেবীনা দেবতা ওইবী। মনাগী লিক্লাংনা ডকশমগী নৌতেং ওইজবী। অযুক্তা থোবকপা মুমিংকুম ডাঞ্জবী, সূয্য (মুমিৎ) না দেবতা ওইবী। লক্ষ্মী কৌবী মিংথোনবী ইমাবু হে জাতবেদ ! নারায়ণ কৌবা হে ব্রহ্ম দেব ! নিজবিবা মনাইগীদমক কৌবীহুনা লেংদনা লৈহনবীবোসে ॥ ১৪ ॥ হে জাত-বেদ ! হে নারায়ণ কৌবা অগ্নি দেব ! লক্ষ্মী ইমানা লেংবু-লেংশিন-বীবক্লবদি কনাগী য়ুমদস্ম লেংবীথিরোই। ডচ্চস্বী লক্ষ্মী দেবীবু মনাইগীদমক কৌবীবো। হী-য়াই, শগোল, শামু, মিনাই-মিশন কয়াবু মনাইনা ফংজরনি রাত্ত-পাদনা নিংজরিবা পিনবীরো ॥ ১৫ ॥

ওঁ যঃ শুচিঃ প্রয়তো ভূত্বা, জুহুয়াদাজ্য মন্বহম্।
শ্রিয়ং পঞ্চদশর্চ্চং চ, শ্রীকামঃ সততং জপেৎ ॥ ১৬ ॥

ওঁ পদ্মাননে পদ্মউরু পদ্মাক্ষী পদ্মসম্ভবে।
তন্মে ভজসি পদ্মাক্ষি যেন সৌখ্যং লভাম্যহম্ ॥ ১৭ ॥

ওঁ অশ্বদায়ৈ গোদায়ৈ, ধনদায়ৈ মহাধনে।
ধনং মে জুষতাং দেবি, সর্ব্বকামাংশ্চ দেহি মে ॥ ১৮ ॥

ওঁ পুত্র পৌত্র ধনং ধান্যং, হস্ত্যশ্ব গজ পৌরুষম্।
প্রজানাং ভবসী মাতা, আয়ুষ্মন্তং করোতু মে ॥ ১৯ ॥

---

হে ইমা লক্ষ্মি! সেবা পামজরবা মীওইনা অচুম্বা নীতি-নিয়ম পেনবীগদবা পোৎলম কয়ানা ঘৃতাহুতী অতৎপা লৈতনা কচ্চগনি ঋচা ১৫ (তরামডা) না তিনবী শ্রীসূক্ত কৌবী মন্ত্রবুস্ত অৎৎ-অথম লৈতনা লক্ষ্মী সেবা পামজবনা জপ কন্ম কচ্চগনি তাকপিবশি ॥১৬। হে পদ্মাক্ষি মাইথোংন মিত্তানা থম্বালবু ঙমজবী। ফৈবোম, মিৎস্ন অমদি মিৎনোরুস্ত অমুক্তা হেন্না নিংথিজবিবী। ইমানা ননাইব চানবীরবদি অত্থম ওইবা নুংঙাই-য়াইফদো ননাইনা ফংজনিংই চানবীরো চানবী হৈবী ইমা ॥ ১৭ ॥ হে মহাধনে! মহাধন হায়ন মিংথোনবী লন-থুম পুম্নমক্কী শক ওইবী। শগোল, শামু কয় পিনহৈবী, মণবী-মন্নাও খিনিক ফংহনবী। সনা, লুপা, লনগৈ কয় শক ওইবী হে দেবি! অত্থুগুম্বা শকুম শক ওইবী অদো ননাইদ ফংহনবীয়ু, অপান্না কয়াস্ত পিনবীবো পিনহৈবী ॥ ১৮ ॥ ইচা-ইশু ফৌগৈ-লনগৈ, হী-য়াই চেনবা পুরুষ, প্রজা কয়া, মীপুম কয়াগী ওইবী ইমানি। মচা কয়াগী অফ-রাখল চেনবী ইমানা নচাবুস্ত চাউখৎপা, পুন্সি-তোল্লোহবা পিনবীয়ু ॥ ১৯ ॥

ওঁ চন্দ্রাভাং লক্ষ্মীমীশানীং সূর্য্যাভাং শ্রিয়মীশ্বরীম্‌।
চন্দ্র সূর্য্যাগ্নি বর্ণাভাং, মহালক্ষ্মী মুপাস্মহে ॥ ২০ ॥

ওঁ ধনমগ্নি র্ধনং বায়ু ধনং সূর্য্যো ধনং বসুঃ।
ধনমিন্দ্রো বৃহস্পতি, র্বরুণং ধনমস্তু তে ॥ ২১ ॥

ওঁ বৈনতেয় সোমং পিব, সোমং পিবতু বৃত্রহা।
সোমং ধনস্য সোমিনো, মহ্যং দদাতু সোমিনঃ ॥ ২২ ॥

---

শরৎকী পুর্ণিমা থাজ মঙান মান্নবী, পামজ নিংজরিবা খিবিক ননাইদা লক্ষ্মী শকওই উহনবী। গ্রীষ্ম ঋতু (গী) নুমিৎ মঙান ঙমজবী, ফজ শক্তম (দ) ঈশ্বরী শকওনবী। নুমিৎ, থা, অচাক-মৈরি মঙানগুম ফজবী, মহুৎ শক্তম লাংওঞ্জবী, লক্ষ্মী শকওং ওঞ্জবী (ওনগনবী) ইমাবু নিংজরি কৌজরি লেংশিনবীরক্লো ॥ ২০ ॥ লন কয়াবু পিনহৈবী মৈগী মশকস্থু ওইবী ইমানি। নুংশিৎ শক্তম (সু) ওইজবী ইমানি। নুমিৎস্থু ইমানি, বসু কয়াগী শক ওইবা লনস্থু ইমানি। ইন্দ্ররাজ শোরাবেলগী অমাং লৈত লনস্থু দেব গুরু শগোলশেনস্থু ইনানি। বরুণ কৌবা দেবতাস্থু ইমাগী শক ওনবনি হে ইমা! অসুম ওইবা লেংদ্রবা ললশিংবু ননাইদা পিনবীরো সেবা ফংতমবীরো ॥ ২১ ॥ অমর শুভম ফংজখ্রবা বিনতানন্দন গরুড় অমৃত ফংজশিদো বৃত্রাসুরবুস্থু অমৃত থকহনবীখিদে। ইমানা লনগী মপু সোমরাজস্থু সোম কৌবা অমৃত পিথকশিদো। অদুগুম্ব অমৃতবু পামজরবা ননাইদস্থু পিনবীরোনে হে ইমা পিনহৈবী ॥ ২২ ॥

ওঁ ন ক্রোধো নচ মাৎসর্য্যং, ন লোভো নাশুভা মতিঃ।
ভবন্তি কৃত পুণ্যানাং, শ্রীসূক্তং সততং জপেৎ ॥ ২৩ ॥

ওঁ শ্রীবর্চ্চস্ব মায়ুষ্য মারোগ্য, মাবিধাৎ পবমানং মহীয়তে।
ধান্যং ধনং পশুং বহু, পুত্রলাভং শতসংবৎসরং দীর্ঘমায়ুঃ ॥ ২৪ ॥

ইতি শ্রীসূক্তম্ সম্পূর্ণম্ ॥ * ॥

*********

---

অশাওবস্থু পোকচদ্রবী ইমানি, নুংশাংবস্থু লৈজদ্রবী ইমানি। অপস্বস্থু পামজদ্রবী (পোক্তবী) ইমা নহাক্তি কনাগীস্থু যত্ত ব্রাখল লৈত্রবী মপোক ফরবীনি। পুন্য চেল্লবা মীওইশিংগী চানবীগী ইমানিদো, ইমাগী শক্তম ওইবী ইমা শ্রীসূক্ত ঋচাবু কচ্চরি নখুয়াদা নচা ওইবশিংনা ॥ ২৩ ॥ হে ইমা মহালক্ষ্মি! হাংলবা ননাইগী গৃহ মন্দিরদা ইমানা লেংশিনবীরক্লবদি নচাগী ইবন ওইজনিদো। পুন্সি নুংশাং ফংজনি, নাদ-য়েক্তা হিংজনি। অচুম্বা নীতি ফজনা শেংল-মপোক ওইজনি। ফৌগৈ-লনগৈ, শগোল, শামু, ইচা-ইশু থিবিক নুংভাইনা, ইংনা, লৈভানা (পুন্সি নুংশাংনা) হিংজববু পামজৈ। অসিগুম্লববু পিনবীরোনে হে চানবী হৈবী নহাক্রা ॥ ২৪ ॥

মতাং অসিদা শ্রীসূক্ত মন্ত্র সম্পূর্ণ ওইরে ॥ * ॥

---

## মেরা খাওমৈ কৎনবা মন্ত্র

দামোদরায় নভসি তুলায়াং লোকয়া সহ।
প্রদীপং তে প্রযচ্ছামি নমোহনন্তায় বেধসে॥

## দীপ মালা মন্ত্র

অগ্নিজ্যোতি র্রবিজ্যোতি শ্চন্দ্রজ্যোতি স্তথৈবচ।
উত্তমঃ সর্ব্বজ্যোতিষাং দীপোহয়ং প্রতিগৃহ্যতাং॥

## শান্তি মন্ত্র

ওঁ স্বস্তি প্রজাভ্যঃ পরি পালয়ন্তাম্।
ন্যায়েণ মার্গেণ মহীং মহীশাঃ।
গোব্রাহ্মণেভ্যঃ শুভ মস্তু নিত্যং।
লোকা সমস্তাঃ সুখিনো ভবন্তু।
কালে বর্ষতু পর্জ্জণ্যঃ পৃথ্বি শস্যশালিনী।
দেশোহয়ং ক্ষোভ রহিতো ব্রাহ্মণাঃ সন্তু নির্ভয়াঃ।
অশুভানি নিরাচষ্টে তনোতি শুভসন্ততিম্।
স্মৃতি মাত্রেণ যৎ পুংসাং (জীবানাং) ব্রহ্মতন্মঙ্গলপরম্।

ওঁ মঙ্গলং মেহস্তু।
ওঁ মঙ্গলং অস্মৎ গুরুণাম।
ওঁ সর্ব্বেষাং মঙ্গলং ভবতু।
ওঁ সর্ব্বেষাং স্বস্তি ভবতু।
ওঁ সর্ব্বেষাং শান্তি ভবতু॥
ওঁ সর্ব্বেষাং পূর্ণং ভবতু।

ওঁ সর্ব্বে সন্তু সুখিনঃ সর্ব্বে সন্তু নিরাময়াঃ।
সর্ব্বে ভদ্রানি পশ্যন্তু, মা কশ্চিৎ দুঃখ ভাগ্ ভবেৎ॥

অসতো মা সদ্গময়, তমসো মা জ্যোতি র্গময় ।
মৃত্যো র্মাঽমৃতং গময় ।
ওঁ পূর্ণমদঃ পূর্ণমিদং পূর্ণাৎ পূর্ণমুদচ্যতে ।
পূর্ণস্য পূর্ণমাদায় পূর্ণমেবা বশিষ্যতে ॥
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে ।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ॥
ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ ॥

---

## শীতলা ধ্যান

১। ওঁ শূর্পা লঙ্কৃত মস্তকাং সুরগণৈঃ সংস্তূয়মানাং মুদা ;
বামে কুম্ভধরাং পয়োদবদনং বন্দে খরস্থাং সদা ।
দিগ্বাসা মুক্তহাসসুন্দরমুখীং সম্মার্জ্জনীং দক্ষিণে,
পাণৌ তাং দধতীং ভবার্ত্তি শমনীং সংসারবিদ্রাবিনীম্ ॥

### প্রণাম

নমামি শীতলাং দেবীং রাসভস্থাং দিগম্বরীম্ ।
মার্জ্জনী কলসোপেতাং শূর্পালঙ্কৃত মস্তকাম্ ॥

---

(১) কোক্তা রাংকোক পুবী, দেবী দেবতা কয়ানা হরাওনা থাগৎনরিবী । ওইগী খুত্তা চফু পায়বী, ঈশিংনা মাইথোং ওমজবী, মতম পুন্নমক্তা তমশি শত্তম ওইজবী, গদা তোংবী, মাইকৈনা ফিংশংপী, খয়াৎ লাওনা নোক্কনবী । ফজবা অইংবা মাইথোংনা লেমজবী, য়েৎকী খুত্তা শুমচিৎ পায়বী, জগৎকী অন্না-অনা কোকপী সংসারগী উপদ্রব কয়া কোকপী অসুমা ওইবী ইমাবু নিংজরি ।

দেবী সরস্বতী ইমাগী কৃপাতনা জীব ওইবা ঐগী নিংঙ্গৗরিবা মঙ্গল খিবিক পিনবীনবা ইমাবু ধ্যান তৌজরি।

## সরস্বতী ধ্যানং

২। তরুণ শকল মিন্দো র্বিভ্রতী শুভ্রকান্তিঃ,
কুচভর নমিতাঙ্গী সন্নি সন্না সিতাব্জে।
নিজ কর কমলোদ্য ল্লেখনী পুস্তক শ্রীঃ,
সকল বিভব সিদ্ধ্যৈ পাতু বাগ্ দেবতা নঃ॥

## প্রণাম

ভদ্রকাল্যৈ নমো নিত্যং সরস্বত্যৈ নমো নমঃ,
বেদ বেদান্ত বেদাঙ্গ বিদ্যা স্থানেভ্য এব চ স্বাহা।
ওঁ সরস্বতি মহাভাগে বিদ্যে কমলোচনে।
বিশ্বরূপে বিশালক্ষি বিদ্যাং দেহি নমোঽস্তুতে॥

---

(২) তরু-তভৌ ফজনা থোরকপা শরৎ পুর্ণিমাগী থাজগুম নিংথিবী, ভৌবোক ভৌর মহান্না অমুক্সু ফজবিবী। থবক চিংঙ্গুম নোল্লুকপি, অভৌবা থম্নাল পায়বী ফজ কলম অমদি বেদপুস্ লাইরিক্লা খুৎকী লৈবেং ওইরিবী। পাংথোক্লিং কয়া ভমহনবী, হে বাগ্ দেবি ইমা সরস্বতি! লেংশিনবীরক্লো ননাইগী নাক্ষা।

ভদ্রকালি মিংথোনবী থুরুমজরি অংতনা, সরস্বতী মিঙ্গৌবী। বেদ বেদান্ত উপনিষদ পুরাণ কয়ানা শক্তম ওইভবী। হে সরস্বতি লাইনক ফবী বিদ্যা কলমনা মিং ওইবী (ভুং হেনী) বিশ্বরূপি হায়রম মিঙ্গৌনী। হে বিশালক্ষি মিংলাওবী, সর্ব্ব বিদ্যা পিনহৈবী ইমা পিনবীরোনে ননাইনা থুরুমজরি।

(সুমিদাংদা লক্ষ্মী পূজা কৎপদা প্রার্থনা অসি কংকনি।)

শ্রীঁ মহালক্ষ্মি নমস্তুভ্যং সুখরাত্রিং কুরুষ্বমে।
বর্ষাকালে মহাঘোরে যন্ময়া দুষ্কৃতং কৃতং।
সুখরাত্রি প্রভাতেঽহ্য তন্মে লক্ষ্মী ব্যপোহতু।
যা রাত্রিঃ সর্ব্ব ভূতানাং যা চ দেবেষ্ব বস্থিতা।
সম্বৎসর প্রিয়া যা চ সা মমাস্তু সুমঙ্গলা।
মাতা ত্বং সর্ব্বলোকানাং দেবানাং সৃষ্টি সম্ভবা।
আখ্যাতা ভূতলে দেবি সুখরাত্রি নমোঽস্তুতে॥

মন্তব্য (খংজিনগদবা)

স্কন্দ পুরানে—পৌষে চৈত্রে তথা ভদ্রে। পূজয়েয়ুঃ স্ত্রিয়ঃ শ্রিয়ম
সিংহে ধনুষি মীনে চ স্থিতে সপ্ত তুরঙ্গমে।
প্রত্যব্দঃ পূজয়েল্লক্ষ্মী শুক্রপক্ষে গুরোর্দ্দিনে॥
লক্ষ্মীচরিতে—ন কৃষ্ণপক্ষে রিক্তায়াং দশমী দ্বাদশীষুচ।
কালচন্দ্রিকায়াম্—শ্রবনাদি চতুর্ঋক্ষে লক্ষ্মী পূজাং ন কারয়েৎ॥

---

সৌর মাস—পৌষ-পোইন্দু, চৈত্র-শজিবু, ভাদ্র লাংবন থাশিং অসিদা নুপী ওইবীশিংনা লক্ষ্মী পূজা কৎপা ফৈ।

ধনু, মীন, সিংহ রাশীশিংদা রবিনা লৈব কালদা, চহি খুদিংগী থা পানখৎলকপদা শগোলশেন নুমিত্ত, শগোলশেন খুদিংদসু লক্ষ্মী পূজা তাবা নুমিত্ত লক্ষ্মী পূজা কৎপা ফৈ।

থা শিথরকপদা রিক্তা তিথিশিংদা চতুর্থী, নবমী, চতুর্দশী তিথি ৩ (অশুভ, অসিবু রিক্তা তিথি কৌই। দশমী দ্বাদশী-দশু শ্রবনানচিংবা নক্ষত্র মরিনা পানবা শ্রবনা ধনিষ্ঠা শতভিষা রেবতী নুমিৎশিংদসু লক্ষ্মী পূজা তৌকদে। * অয়ুক্কী সূর্য্য পূজাদা লক্ষ্মীগী পূজা ওইনা কৎপসু য়াই; সূর্য্য দেব লক্ষ্মীগী মশক্তি।

## শিব শুদ্ধিঃ

তিথিঞ্চ দ্বিগুণীকৃত্য পঞ্চভিশ্চ সমন্বিতঃ। সপ্তভিশ্চ হরেৎ ভাগং শিববাসং সমুল্লিখেৎ। একেবসতি কৈলাসে, দ্বিতীয়ে গৌরীসন্নিধৌ, তৃতীয়ে বৃষভারূঢ়ঃ, সভায়াঞ্চ চতুর্থকে, সম্ভাসন্তাপকং চ। পঞ্চমে ভোজনেচৈব ক্রীড়ায়াঞ্চ রসান্বলে। শ্মশানঞ্চসপ্তমে চৈব শিববাসং প্রকল্পয়েৎ॥ কৈলাসে ভবেৎ সৌখ্যং, গৌর্য্যাঞ্চ সুখ সম্পদং, বৃষভেঽভীষ্ট সিদ্ধিঃ স্যাৎ, সভাসন্তাপকং ভোজনে চ ভবেৎ সৌখ্য ক্রীড়াকার্য্যে বিনাশনং, শ্মশানঞ্চ ভবেৎ মৃত্যুঃ শিববাসং প্রকল্পয়েৎ॥

## শিব পূজাগী অফ ফত্ত

চুমিৎ মমিং নোংমাইজিং য়েংবিন্দু মহেশানা চৎনরকপনিনা ওইবন্নগদি সুংঙাইবে। তিথি ভায়বদি নোংমা পানবা ওইবসু নিনি ওইববসু মতুবু ১রক হন্না তিন্নশিনগনি। তিন্নশিল্লিবা অঙ্কদা মশিং ৫ (অঙ্ক) হাপচনগনি মতুগী অতাবতুদা ৭না য়েল্লগা অবেন্ন ফল অতুদা অফ ফত্ত থংনগনি।

নোংম পানবা ১ নি

+ ১

২

+ ৫

৭)৭(১

৭

০ লেমদ্রে অতুবু মহাদেবদি মোংফমদা লৈ।

ফলদি—অশি অনা ফংই অমাংবা ওই। মবম অতুনা চুমিৎ অসি শিব পূজা য়াদ্রে ফদ্রে অশুম্না থংনগনি।

১ লেম্বনা কৈলাসদা লৈ। ফলদি—মুংঙাই- য়াইফবা পিবি।
২ " দুর্গাগী নাক্ত " " লন-থুম, লৌরি-ইখোল ফংই
৩ " বৃষভদা " " অপাম্বা সিদ্ধি পাংথোকই।
৪ " সভা (দেব কর্ম্মদা) " থুদোং থিনিংঙাই ওই।
৫ " চাবা থকপা তৌরি " মুংঙাই, নিংবা থুংহল্লি।
৬ " রসাতল (শানব্রি) " অমাংবগী মশক ওই ফত্তে।
৭ " মোংফমদা লৈ। ফলদি—অশি অনা ফংই অমাংবা ওই।

---

## অগ্নিগী মমিং তরেৎ

১। হিরন্য—মৈসি ধ্যান আবাহন হোম যজ্ঞ কৎপা লন ফংগনি।
২। রক্ত—শিহল্লগে হায়রবদি ধ্যান আবাহন হোম যজ্ঞ কৎকনি।
৩। সুপ্রভা—ইচা ফংনিংলবদি " " " " "
৪। সুকৃষ্ণ—শিহল্লগে হায়রবদি " " " " "
৫। সুরূপ—ইচা ফংজগে হায়রবদি " " " "
৬। বহুরূপ—মথল মথেল ফংনিংলবদি " " " "
৭। অতিরিক্ত—কেশ মঙ্গল ওইনিংলবদি " হোম যজ্ঞ কৎকনি।

মরম অসিনা মৈ মমিংগী মতুং ইন্না ফল তোঙান তোঙান্না লৈরি, ঐখোইনা অগ্নিবু ধ্যান আবাহন তৌরগা হোম কৎকনি। মচা-মশু পাম্বা মীওইশিংনা কাশ্যপ গোত্র ওইবা রবি শনিদগী মচা নিগনি মসিনি।

## পূজাগী স্নয়া য়াওখবা

চেংতনা বিষ্ণু পূজা, তুলসীনা গণেশ পূজা, তিংথৌতনা দুর্গা পূজা, হৈখাগোক্কা সূর্য্য পূজা মথক্ত পনথ্রিবশিং অসি য়াদে। বিষ্ণু পূজাদ আকন্দ, পুষ্প, ধস্তুর শগোইদাক, হৈখাগোক, পূজা কংহৈদে শিংথৌ অভৌবনা দেবী পূজা য়াদে। অতৈদি পূজাগী পোৎলম থিবিক তিম্রবদি কৎপা য়াই। অভাংবা চন্দন্না, য়াম্ন ভাংবা লৈন, হৈখাগোক অভাংবা কৃষ্ণ পূজা য়াদে। থম্বালদি দেবা দেবী পুম্নমক্তা কৎকনি, পুক্কাদা অশোই অভাম কয়া য়াওখিব। থোক্লবদি কৃষ্ণ মন্ত্র শোল্লগা কৎলবদি অপরাধ থিবিক কোকই।

লৈ কৎপদি খুৎপী খুৎযাই অনিনা কৎকনি, তুলসী হৈখাগোক মনা কৎপদি খুৎপী খুৎনিংথৌ অনিনা পাইরগা কৎকনি; নিয়মদি হান্না লৈরম্বা পান্দমগুম কৎকনি।

“যথোৎপন্নং তথা দেয়ম্” তুলসীনা লোংনা অতুগা হৈখাগোক্কা উপ্পা কৎকনি।

লক্ষ্মী পূজাদা তুলসী ঝিনটি, কাঞ্চন পুষ্প, সনারৈ, চিগোংলৈ, পারিজাৎ, অঙ্গোৎ, নাগেশ্বর, কুন্দো, লৈহাও কৎপা য়াদে। শবিক থিংতুনা পূজা য়াদে। সূর্য্য পূজাদ রক্ত চন্দন, জবাকুশুম অভাংবনা অথোইবনি, শিব পূজাদা শগোইদাক অমুবনা অথোইবনি, বিষ্ণু গঙ্গা, লক্ষ্মী, সরস্বতী, শ্রাদ্ধ শোনবদা অঙৌবা লৈতনা অথোইবনি। দুর্গানচিংবা শক্তি পূজাদা রক্ত চন্দন, রক্ত পুষ্প, বিল্বপত্র অথোইবনি লৈহাও, কুন্দো, বকুল, থম্বালনচিংবা লৈশিংস্ন পূজাদ অথোইবনি। শবিক থিংবা য়াদবা দেবতাগী পূজাদা য়াংদবোই, অতৈ বিষ্ণু পূজা,

দুর্গা পূজাশিংদা শরিক য়াওগনি। শঙ্খসু য়াওগনি মবমদি শঙ্খদা তাপ্লবা ঈশিং, চন্দন, তিংথৌ, লৈ, শঙ্গোম অফম্ব, অনৌবা, কুশ, তুলসী, চেং থোইদিং তিল্লবনু অর্ঘ্য কৌই। অর্ঘ্যনা দেবতাশিংগী পূজাদা কোক্তা কৎকনি মসিনা নিয়মনি, শঙ্খ আরতি শঙ্খনা কৎকদবনি অতোপ্পনা মতুং শিল্লোই।

---

## থোই শাবগী ফল

নোংপোক্তা শারগা—লল, মচা-মনাই ফংই। মৈরমদা শারগা অনা-অয়েক নংই। খাদা শারগা—মী শি। সন্থোংদা শারগা মচা মগুদা ফত্তে। নোংচুপ্তা শারগা—ষণ, ইরোই, তুই, হৌদোং শি। কৌব্রুরোমদা শারগা—য়ুমগী মপু শোকই; অদুবু ললদি ফংজে। চিঙ্খেদা শারগা—পুক্রিং নুংঙাই ফম নাই, থবক-ইথ্যাং কান্নব পী।

## যাত্রাগী অফ-ফত্ত য়েংনবা

১। নোংমাইজিং :— নোংপোক, নথা, অরাং, কৌব্রুলাইজি নিংবা থুংই, মায় পাকই ফৈ। মৈরম, সন্থোং, নোংচুপ, চিঙ্খে, অরাবা নংই, অরেম্বা ওই ফত্তে।

২। নিংথৌকাবা :—মথা, সন্থোং, অরাং ওইজবা ফংই ফৈ। নোংপোক, মৈরম, নোংচুপ, কৌব্রু, চিঙ্খে অরা-অনা শিবা নংই।

৩। লৈবাকপোকপা :—মথা, নোংচুপ, কৌব্রু নিংবা থুংই, ওইজবা ফংই ফৈ। নোংপোক, মৈরম, সন্থোং, অরাং ১সুং চিঙ্খে অরা-অনা নংই ফত্তে।

৪। যমশকৈশা :—নোংপোক, চিঙ্খ ওইজ-ওইথক যংই। মৈরম, মথা, সম্লোং, নো চুপ, কৌক্র অৱাং-অনা শিবা নংই ফক্তে।

৫। শগোলশেন : —মৈরম, নোংচুপ, কৌক্র, অৱাং ইকায়-খুমনৈ লল ফংই কৈ। নোংপোক, মথা, সম্লোং, চিঙ্খ অৱা-অনা অফা-অপুন নংই ফক্তে।

৬। ইরাই :—নোংপোক, মৈরম, মথা, চিঙ্খ নিংবা ওংই, ওইজ-ওইথক ফংই কৈ। সম্লোং, নোংচুপ, কৌক্র, অৱাং অফা-অপুন নংই অরেম্বা ওই ফক্তে।

৭। থাংজ :—মথা, সম্লোং, নোংচুপ, কৌক্র, অৱাং, চিঙ্খ ওইজ-ওইথক লল ফংই, মায় পাকই কৈ। নোংপোক, মৈরম, অৱা-অনা নংই ফক্তে। ** (অসুম্না যাবাগী অফ-ফত্ত য়েংগনি।)

---

## থাশি মাইকৈ তৎনবা নুমিৎ

শজিবু, থৱান, পোইন্ত —চিঙ্খ। নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা।
কালেন, লাংবন, ৱাকচিং—অৱাং। যুমশকৈশা, ইরাই তৎনৈ।
ইঙা, মেরা, ফাইরেন —নোংচুপ। লৈবাকপোকপা তৎনৈ।
ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমদা—কৌক্র। শগোলশেন, থাংজ তৎনৈ।

থাশি মাইকৈদা শা-মণ পুথোক-পুশিন তৌবা, লংফৈ চৎপা অসিনচিংবা য়াদে অফবা থবক তৌবা ফক্তে, য়াইরেকপস্ম চৎনদে।

## জন্ম নক্ষত্রগী লৈফম অমসুং কংকদবা

১। চক্রদা লৈরবদি —চুর (ফিবান) ছাতিন কংকনি।
২। সমুদ্রদা ” —মচৈ মরোং (টুইচৈ-ৱাচৈ) কংকনি।
৩। গগণ (অতিয়াদা) ” —লপা, কোবি অমসুং য়াইভং ”
৪। রসাতলদা লৈরবদি —ঘী চক্ষু, চেং চক্ষু অথনদা কংকনি।

## কোৎতা ফৌ হৈজিনবগী অফ-ফত্ত

৫, ১১, ১২, ১৮, ২০, ২৫ হায়বিবা থবানশিং অসিদা কোংতা ফৌ হৈজিনবা ফৈ। নোংমাইজিং—নুমিত্তা হৈবা ফৈ মতুং ইল্লি। নিংথৌকাবা অমস্তুং শগোলশেন নুমিৎ অনি অসিদি মযেং তাই। লৈবাকপোকপা—মযাই ওইনা ফৈ, যুমজকৈশা—লেম-পামা লৈ, ইরাই—সনা, লুপা ফংবগুমই, থাংজ—কল-থুম চংই অফবা ওই।

## অপুম্বা নুমিত্তা ফত্তবা তৌবা ফৈ

শজিবু—লৈবাকপোকপা ফৈ, কালেন—নিংথৌকাবা (সোম) ফৈ,
ইঙা—নোংমাইজিং (রবি) " ইঙেন—থাংজ (শনিবার) ফৈ,
থরান—ইরাই (শুক্রবার) " লাংবন—শগোলশেন (বৃহস্পতি)
মেরা—যুমজকৈশা (বুধ) " হিয়াঙ্গৈ—লৈবাকপোকপা (মঙ্গল)
পোইন্ত—নিংথৌকাবা " ৱাকচিং—নোংমাইজিং (রবি) ফৈ,
ফাইরেন—থাংজ (শনি) " লমদা —ইরাই (শুক্রবার) ফৈ।

## থবানগী মতুং ইন্না লাই লৈবা

১—১১—২১ ইমুং-কাবন্দা লাই লৈ। পোৎ-চৈ হোংদাকফদে।
২—১২—২২ থুম্রত্তা লৈ, চথোক-খোংহোকপা চেকশিন্ন ওই।
৩—১৩—২৩ কাঙ্খদা লৈ মবম অদুন যম্নং হোংদোকপা ফত্তে।
৪—১৪—২৪ ফুঙ্গাদা লৈ, লৈবং অমদি যুম্ফা শাফদে ফদ্রে।
৫—১৫—২৫ যুমদা লৈ, যুম শিদোকপ অমস্তুং হোংবা য়াদে।
৬—১৬—২৬ লৈকুং-লৈবাউদা লৈ, লৈপাক্কী থবক শোৌবা ফত্তে।
৭—১৭—২৭ য়ুম, শিঙ্গৈদা লৈ, হোৎদেকক-কাশিন তৌহৈদে।
৮—১৮—২৮ লাম্বেলদা লৈ, লাই-শিন থৌরবদি অফবা ওইদে।
৯—১৯—২৯ লৈদা লৈ, চাব-থকপগী মবমদা চেকশিনগনি।
১০—২০—৩০ লোথোং-লমখৈদা লৈ, মব ওইনা ৩০ থাশী যম্ভে।

# তিথিশিংগী অফ-ফত্ত পৌরম

প্রতিপৎসু প্রজানাং সিদ্ধিরেব ন সংশয়. দ্বিতীয়ায়াং শুভ স্থা। তৃতীয়ায়াং ধনাগমঃ বধ বন্ধন ক্লেশাশ্চ চতুর্থ্যাং। পঞ্চম্যাং প্রয়োলাভঃ, ষষ্ঠ্যাং কার্য্যনাশনং, সপ্তম্যাং বহুলাভদঃ, অষ্টম্যাং শত্রু াতনং, নবম্যাং মৃত্যু যোগঃ স্যাৎ, দশম্যাং ভূবি লাভদঃ। একাদশ্যা মবোগঃ স্যাৎ, দ্বাদশ্যাং নিষ্ফলা সর্ব্বসিদ্ধিঃ ত্রয়োদশী, চতুর্দ্দশ্যাং নিষ্ফলা যাত্রা। পক্ষান্তে নিষ্ফলা, মাসান্তে মরণং ধ্রুবম্ ॥

---

১৬—প্রতিপদদা থবক থৌরম পাংথোকপা সিদ্ধি ওই।
১—নোংমা পানবদি চিংনিংঙাই ওই যন্ত্রে।
১৭—নিনি পানবদি অফবা লক্ষ্মীগী মশক ওই।
১৮—ভুমনি " লল ফংই চাওখৎপা ওই।
১৯—মবিনি " অফা-অপুনবৈ খুদোং থি।
২০—মঙানি " মঙ্গল কয়া ফংগনি।
২১—ভরুকনি " তৌকবা থবক মঙ্গল ওইদে মপুং ফাদে।
২২—ভবেংনি " শেন্দোং ফংই কান্নবা ওই।
২৩- নিপাননি " খুংলাইনা অশোক-অপন পি কন্তে।
২৪—মাপালনি " মৃত্যু অশি-অনা থোকনি।
২৫—ভবানি " শেন্দোং য়াম্ন পি কান্নবা ওই কুংড়াইরল্লি।
২৬—ভবামাথোইনি পানবদি অনা-অংকেক লৈবোক শক।
২৭—ভবানিথোইনি " লৈকবা থবক মতৈ যাগ্লে ই।
২৮—ভবালমদোইনি " পুংক ফাব অমুক খন্নবাবোই।
২৯—ভবামবিনি " তোংমকলগী মতৈ ফংলবোই।
৩০—(১৫, থাশীদি পুর্ণিমা, কান্নবা ফংলোই শিগনি।

## হকচাংদা চুম তাবগী ফল

১। কোক অমম্বং লাইবক্তা তাববদি— কুংভাই সম্পতি ফংই।

২। ওইগী চাইকং, নাকন, খোবি—চান্নবা মকাপ উট্টে।

৩। য়েংকী " পুক, খদাং, পিম্বম, খুবাক ময়াই— শেল ফংই।

৪। শম্বুন, খুকউ, খোংপাক—অফা-অপুনে ১ম্বং চিম্বা তৌই।

৫। শমদোন, লয়াই-লেম্ফু লিঙ্গ—শিবা নংই ফংগু।

৬। চিন, খজাই—অচা-অথক যংই ১ম্বং থম্মোইদা হয়াওজে।

৭। চিনবান মথক—খংন-চেন য়াথোকই।

৮। ওইগী নাকোং—অয়াবা নংই।

৯। খোরি—মরুপ-মপাং ফংই।

১০। খোরি মখা—য়েক্কবনা ওংলি পোথফম খংদে।

১১। য়েংথংবা নাতোন—মাই পাকই ফিরান মমাই চুমই।

১২। খুং, খুংনম, খুবোম—শেল মাংই কান্নফম লৈতে।

১৩। খবাক (খোম) খ্বাং, খোইথা—লাইবক ফবা ওই।

১৪। পাম্বোম—লল ফংজে।

১৫। নঙ্গল—অয়াম্বদগী পাউ তারনি।

১৬। খোং—কোইনা চংলি।

* হিপলিডৈদা চুম তারবদি তাফম্না চংনদে, অফবা ওইরবসু যত্তে, হকচাংদা মফম চাব-চাদবা চুম্না করিগুম্ব তাখিব থোক্লবদি ইকজথোক্লি অত্থগা তুলশী মচুম থক্কনি। লাই খুকমগনি অফবা ওইরবসু হেম্নহুম কগনি, ফত্তবা কম্না লৈরবসু কোক্কনি।

## কালাশুদ্ধিঃ

গুর্ব্বাদিত্যে গুরৌ সিংহে নষ্টে শুক্রে মলিম্লুচে।
যাম্যায়নে হরৌ সুপ্তে সর্ব্ব কর্ম্মাণি বর্জ্জয়েৎ॥

---

বৃহস্পতি অমদি রবিনা নক্ষত্র অমত্তুদা লৈরবা নত্রগা নক্ষত্র তিন্নদ্রবস্থ রাশি অমত্তদা পুন্না লৈববু গুর্ব্বাদিত্য যোগ ওই, অদুম্না পুল্লবা বৃহস্পতিমা সিংহদা লৈববা, অমদি শুক্র গ্রহনা বৃদ্ধ ওইববা সন্ধ্যাগত, অস্ত, কাল্য (৩) ওইববদি অমদি মলমাস, দক্ষিনায়ন, অমদি হরিশযন অসিগী মনুংদা কাম্য কর্ম্ম থাদোকনি, ফগুবা তমাং-অতা, অশি-অনা পিগনি। নক্ষত্র তোঙাল্লস্থ বৃহস্পতি অস্ত ওইববস্থ কালাশুদ্ধিনি। কালাশুদ্ধি তাকলিবা শ্লোক্না মথক ময়াম থংহল্লিবা অসিনা বিশেষতা কয়াস্থ তাকলি মতুদি—

বৃহস্পতি গ্রহনা সিংহ রাশিদা লৈববা হাযবা অর্থনা বিশেষতা অমস্থ থংহল্লি মতুদি—শুক্র গ্রহনা বৃদ্ধ ওইববদি হায়বা রারোলদা সন্ধ্যাগত, অস্ত, কাল্য হাযবা মথল (৩) লৈবি মতু ওইরবদি কর্ম্ম থাদোক্কনি হায়বসিনা থংহল্লিবসি ব্রত বিবাহ গ্রহপ্রতিষ্ঠা চূড়াকরণ কর্ম্ম যুমহোং-কৈহোং তৌরোই, অদুবু তোকপা যাদব। নিত্য কর্ম্ম দেবার্চ্চন লাই পূজা ব্রতনচিংবদি মতম পুম্বদা থাদোকহৈদে, নগুবা কাম্য কর্ম্ম, চুড়াকরণ, উপনয়ন, বিবাহ, বিদ্যারম্ভ, সনা, মনিমুক্তা লৈশিনবনচিংবা তৌববদি গত্না (শিবা ফংগনি অস্মন্না রাজ মার্ত্ত-গর্গাচার্য্যনচিংবনা থংহল্লমই। বিবাহদি য়াই, দেবগুরুনা মঘা নক্ষত্রং দং থাদোক্রগা সিংহ রাশিদা দেবগুরুনা লৈরবদি য়াই অসিনচিংবা তাৎপর্য্যস্থ পিখিবি।

মবম অসিদা শোইদ্রিবৈদা কুপ্না অথংবদা নৈনরগা থবক্তী মঙ্গল ওইগনি নত্রগদি পুক্নিংগী নিংজমদবা কয়া লাক্নি।

## অম্বুবাচী

(ক) আর্দ্রাদ্য পাদগে সূর্য্যে ত্র্যহং পৃথ্বী রজস্বলা।
অম্বুবাচীতি সংজ্ঞং তৎ স্বাধ্যায়ং তত্র বর্জ্জয়েৎ॥

(খ) রজোযুক্তম্বাম্বুবাচী চ রৌদ্রাদ্য পাদগে রবৌ।
তস্মাৎ পাঠো বীজ বাপে নাহিতৌ দুগ্ধ পানতঃ॥ জ্যোতিষে।

(গ) অম্বুবাচ্যান্দৈব গেহে গবামায়তনেষু চ।
অনশৌচির্ভবেদ্বিপ্রঃ দৈবে পৈত্রে চ কর্ম্মনি॥

## ঘা তচন্দ্র

ঘাতচন্দ্রে কৃত। যাত্রা ব্রতোদ্বাহাদি মঙ্গলং।
ক্লেশায় মরনায়ৈব গর্গাচার্য্যেন ভাষিতম॥

---

(ক) আর্দ্রাগী নক্ষত্রগী অহানবা পাদদা সুর্য্য লৈবা ভুমিৎ ও অদু পৃথিবীগী রজস্বলানি মতমসিদা অধ্যয়ন, যাগ, শ্রাদ্ধ, তৌবা য়াদে।

(খ) আর্দ্রা নক্ষত্রগী প্রথম পাদদা রবি লৈবা, পৃথিবীগী ঋতুমতি মতম অদুদা মরু-মরাং হুনবা, লৈপাক তৌব। বেদ পাঠ য়াদে।

মতাং অসিদ। ভগবান্দা কৎলবা শঙ্গোম অনৌবা থব্রুবদি, লিন্দগী ফংবা য়াবা অমাং-অতা খিবিক ফংলোই।

(গ) অম্বুবাচি মনুংদা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্যশিংনা লাইগী, শ্রাদ্ধগী থৌরম তৌবা তারবদি শঙ্গোলদা নত্রগা লাইশংদা তৌগনি।

রাশি ১২গী মনুংদা অফবা থবক তৌরমদাই খুদিংদা খুৎপাই য়েংবীয়ু শোইদনা ঘাতচন্দ্রনি হায়রবা অদু উবিরবদি থবক অদু তৌবীরুরমু। জ্যোতিষনা হায়রি :— ঘাতচন্দ্র থোকপা মুমিত্তা অফবা থৌরম ব্রত তৌবা হৌবা অমদি লুহোংবা, নাহুৎপা, লুগুণ-থাংবনচিংবা খুৎপাইদা ফবা ভুমিৎ ওইরবসু যন্ত্রে হায়না থংবীয়ু।

## পঞ্চোপচার পূজা

গন্ধপুষ্পে তথা ধূপদীপৌ নৈবেদ্যমেবচ।
অখণ্ডং ফলমাসাদ্য কৈবল্যংলভতে ধ্রুবং ॥ তন্ত্রসারঃ।

## দশোপচার পূজা

পাদ্যমর্ঘ্যং তথাচমনং গন্ধপুষ্পে তথাপরে।
ধূপ দীপ নৈবেদ্যাস্তু উপচারা দশ ক্রমাৎ ॥ তন্ত্রসারঃ।

## ষোড়শোপচার পূজা

আবাহনং, আসনং, স্বাগতং পাদ্যমর্ঘ্যমাচমনীয়কম্।
মধুপর্কস্তথা স্নান বসনাভরণানি চ ॥
গন্ধ পুষ্পে ধূপদীপৌ নৈবেদ্যা চমনন্ততঃ।
তাম্বূল মর্চ্চণা স্তোত্র তর্পণঞ্চ নমস্ক্রিয়া ॥
প্রয়োজয়েদর্চ্চনিয়ামুপচারাণি ষোড়শঃ ॥ তন্ত্রসারঃ।

---

গন্ধ, পুষ্প, ধূপ, দীপ অমসুং নৈবেদ্য মখোই ৫ (মঙ) অসিবু পঞ্চোপচার পূজা কৌই। অতুগা পোৎলম তরানা পূজা তৌতুনা কৎপবু দশোপচার পূজা কৌই।

ষোড়শোপচার হায়বা অসিনা আবাহনদগী হৌরগা মথং মথং আসন, পাদ্য, অর্ঘ্য, ধূপ, দীপ, নৈবেদ্য, তাম্বূল, আচমন, আরতী, পুষ্পাঞ্জলি অমসুং প্রার্থনানচিংবা শেবাবু ষোড়শোপচার কৌই।

মধুপর্ক হায়বদি—শঙ্গোম-অফম্বা, ঘী, ঈশিং, খোইহী অমসুং চিনি-অকেংবা, মঙা অসিনা মান্নানা সমাগী, লুপাগী, নত্রগা শেঙ্গেংগী তঙ্গোৎ পাত্রা অমদা হাপ্লগা অমনা খুম্বা অতুনু মধুপর্ক কৌই।

## লাই কোইবা-খুরুম্বগী নিয়ম

একং দেব্যাং রবৌ সপ্ত ত্রিণি সূর্য্যাং বিনায়কে।
চত্বারি কেশবে শিবে চার্দ্ধং প্রদক্ষিনং কুর্য্যাৎ॥ কর্ম্মলোচনে

(খুরুম্বা মখল অহুমনি—পঞ্চাঙ্গ, অষ্টাঙ্গ, মানসিক)

### পঞ্চাঙ্গ প্রণাম

বাহুভ্যাঞ্চৈব জানুভ্যাং শিরসা বচসা দৃশা।
প্রণমেচ্চ গুরোরগ্রে চান্যথা নিস্ফলং ভবেৎ॥

য়েৎ-ওইননা লাই খুদিংমক্কী কোইগনি দেবী (লাই নুপী) গীদি অমুক্তং কোইগনি। সূর্য্যগী ৭লক, গণেশগী ৩লক, শ্রীকৃষ্ণগী ১রক মহাদেবগী তঙ্খাই তমক কোইগনি। ভগবান বিষ্ণুগীসু অহুমক, কোইগনি। অন্যান্য দেবতাগী প্রদক্ষিণগী মতমদা (কোইবদা খুত্তা মোইবুং পায়দুনা খোংলগা অমদি নাম শোল্লগা লাইবু কোইগনি।

লাই খুরুম্বা—মহাদেব, দুর্গানা মাই মমাং ওল্লবদি। যজমান্না মাই মথা ওন্না খুরুমগনি। অতে দেবতাদি য়েৎ-ওইননা কোইরগা খুরুমগনি। দেবতা লাইনা মথা ওল্লবদি থোবুনা মমাং ওনগনি। ওঝা অমসুং গুরু খুরুম্বদি মাই ওনশিন্নরগা খুরুমগনি। দেবতা প্রণামদি মাই ওনশিন্দুনা খুরুমবদে।

কালিকা পুরাণনা হায়রি—লাই কোইরগা খুরুম্বনা লাইপুম্বনা পনবী, খুৎ লোম্নরগা প্রণাম কৎপসু দেবা দেবীশিংনা পেনবী।

বাহুদ্বয়—পাম্বোম অনি, খুকউ অনি, কোক অমদি মিৎ অনি চিন্দা মন্ত্র শোল্লগা খুরুম্বা অহুবু পঞ্চাঙ্গ প্রণাম হায়না কৌই। গুরুবু খুরুম্বদা মাই ওনশিন্দ্রবদি খুরুম্বগী মহৈ ফল লৈত্রে মাংই।

## অষ্টাঙ্গ প্রণাম

পদ্ভ্যাং করাভ্যাং জানুভ্যামুরসা শিরসা দৃশা ।
বচসা মনসা চৈব প্রণামোঽষ্টাঙ্গ ঈরিতঃ ॥ তন্ত্রসারঃ ।

পাদ অনি, খুৎ অনি, খুকউ অনি, থবাক, কোক, মিৎ অনি, মাহৈ পুক্লিং পুম্না খুকমজববু অষ্টাঙ্গ প্রণাম কৌই। মুপীশিংগীদি অষ্টাঙ্গ প্রণাম চৎনদে।

## মানসিক প্রণাম

পুক্লিং অনি লোংদনা মন্ত্র নিংশিংদুনা খুকমজববু মানসিক প্রণাম কৌই, মসিগু অথোইবনি। খুকম্বদা খুৎ অমত্তনা খুরুমফদে মতম চাদনা লাইগী থোং হাংদোক্তুনা কৃষ্ণ দর্শণ তৌফদে। অমুক্তং কোইরবদি মমাংদা ফংজখিব পুণ্য মাংই ঈশ্বরগী মফমদা তৌফদে।

---

## ধূপ দীপ কৎফম

দীপং দক্ষিণতো দদ্যাৎ পুরতো বা ন বামতঃ।
বামতস্তু তথা ধূপং পুরতো ন তু দক্ষিণে।
ন ভূমৌ বিতরেৎ ধূপং নাসনে ন ঘটে তথা।
যথা বাবগতং কৃত্বা তু বিনিবেদয়েৎ ॥

---

লাই পুম্নমক্কী য়েক্তা দীপ কৎকনি। মাংদস্তু কৎপা য়াই, ধূপ নত্তনা ওইদদি য়াদে। আসন্দা ঘটকী মথক্তা কৎহৈদে, ধূপ, দীপ অসি নৈবাক্তস্থু কৎহৈদে, তঙাই ফদববদি নিবেদন তৌগনি।

## নৈবেদ্য

নৈবেদ্যং দক্ষিণে বামে পুরতো বা ন পৃষ্ঠতঃ ॥
তত্রৈব দক্ষিণে ফলমূলং তাম্বুলং বামে দদ্যাৎ ॥

দেবতাগী য়েন্না, ওইদা, মাংদা নৈবেদ্য কৎকনি তুংদদি কৎহৌগে । অস্তুম্না য়েত্তা হৈরুক ওইদা পানা থমদুনা কৎকনি । অরোইবদা পুষ্পাঞ্জলি অমদি প্রণাম কৎকনি ।

প্রণাম মন্ত্রদি য়ামখ্রে—ঐনা নিংউরিবা শোল্লুরিবা দেবতাশিংগী প্রণাম মন্ত্র শোন্দুনা থুরুমজগনি । স্তুতি কৎকনি, প্রার্থনা কৎকনি, মরি লৈনবা অপাম্বা বর কয়া নিজগনি ।

---

## লৈনচিংবা হেকপগী মরম

ক্লিষ্টং পর্য্যুষিতঞ্চ ভূমিপতিতং ছিদ্রঞ্চ কীটান্বিতং ।
যৎ কেশোপহতঞ্চ গন্ধরহিতং যচ্চোগ্র গন্ধান্বিতম্ ॥
হস্তে যৎ বিধৃতং প্রণাম সময়ে যদ্বাম হস্তে কৃতম্ ।
যচ্চাম্বু জলধৌত মর্চ্চনবিধৌ পুষ্পঞ্চ তদ্বর্জ্জয়েৎ ॥
পতিতমপি বকুলং শেফালিকাং চ ন বিবর্জ্জয়েৎ ।
সর্ব্বং ভূমি গতং ত্যাজ্যং শেফালিং বকুলং বিনা ॥

### ॥ সামান্য নিষিদ্ধ পুষ্পানি চ ॥

পূজা অর্চ্চা-দা লৈ, তুলসী, তিংথৌ অমসুং হৈথাগোক চংই । হায়রিবা অসি হেকপা য়াব-য়াদবা কৎপগীসু মরম থরদং উৎলি—

লৈ হেকপদা ইরুজরগা হেকপা য়াদে । তুলসীদি ইরুজদনা হেকপা য়াদে । য়েংবদা মুংভাইত্রবা লৈ, নোংম্মা লেল্লবা লৈবাক্তা

তারবা শেগাই-তুগাইরবা, ছিদ্র লৈবরা, চিঙ্গু-লাইচংলবা, শম য়াওরবা, মনম য়াংদ্রবা অমদি মনম য়াম্না কনবা লৈ কংফদে। লাইদা কংনবা লৈ পুরিভেদা খুরুম্বা ওকলুবা, খুং ওইনা পাইরুবা, ঈশিংদা চাম্লুরবা লৈশিংচু পূজাদা শিজিন্নবা য়াদ্রে। মশা-মকোং থুদেক্তুনা হেক্লকপা, লৈমুংদা শাংপা, লোন্না হেক্লকপা, নমহুনা লৌরকপা (হেক্লকপা) হুরাম্লকপা লৈ হায়বিবা মখোইশিং অসি ঈশ্বরনা পামদ্রে, মখোইদো হিংচাবগী ওইরে। ফংদ্রবা ওইববদি লৈকবগা পূজাদা কংপস্থ য়াই, অমাংবা জাংকী শেংদ্রবা ঈশিংনা চোংথ্রবা, মনম নমথোকলুববা, শেংন-ইন্না ফিনা য়োমলুরবা লৈশিং ঈশ্বরদা কংহৈদরে।

তিংথৌদি মনা মযোন মশিংগী মতুং ইন্না হায়বদি ময়োন য়াওবা মনা ৩, ৫, ৭, পানববু লাইগী সেবদা কংকনি। ময়োন য়াওদবনা পিতৃকৃত্যদা কংকনি। নোংমাইছিং হুমিত্তদি লাইগী ওইববস্থ তিংথৌ হেকপা য়াদে। কুশ, তিংথৌ, তুলসীনচিংবদি নোংম লেনবগী দোষ লৈতে, বকুল, শেফালিকা অমস্থুং শিঙ্গারৈদি লৈবাক্ত তাববস্থ দোষ লৈতে কংপা য়াই। অতৈদি লৈবাক্ত তারবদি ঈশ্বরদা কংহৈদ্রে।

শূদ্র, ডোবি, মোচি, জগোই-শাবী অমস্থুং তুম মখোইশিংনা পুরকপা থম্বাল, থরোবচিংবা ঈশিংদা শাংপা লৈদি কংপা য়াই।

তুলসী, হৈথাগোক-মনা, উহৈ মথল থুদিং লৈনচিংবা মালিনী লৈ-লেংবীগী য়ুমদা লৈরগা থমলুবস্থ নত্রগা নোংমা লেল্লুরবস্থ দোষ লৈতে ঈশ্বরদা কংপা য়াই।

তুলসী, হৈখাগোক-মনা, মহৈ, উহৈ মখল খুদিং বুন্দো. তমাল হৈগ্রু, খরো-অঙৌবা, খম্বাল, মনি পুষ্প, বক পুষ্প, কোবিদার হায়রিবা লৈশিং অসিদি অপোম্বা ওইরবস্তু মখোক য়াওরবস্তু কৎপ য়াই। সুমিৎ মঙানি ফাওব খম্লগা কৎপ য়াই দোষ লৈতে।

খম্বাল মনাদি—অমমম ওইরবস্তু কৎপদা দোষ লৈতে। অতৈ লৈশিংদি শেগাইরগা কৎপদা দোষ লৈ। করিগুম্বদা লৈশিংবু শেগাইরগা কৎপ তারবদি কৎলুবগী মগুন অমস্তুং মহৈ মাংহল্লবনি।

হৈখাগোক মনাদি—মনা অহুম/অহুম পানবা শেগাইদবা, তিন চাদবা ছিদ্র লৈতবা ওইনা উপ্পা কৎকনি, নত্রগদি দোষ লৈরে, খুইরবা, কংলবা, নিহুনা অমদি পিনিংদনা পিরকপা, লৈ কয়া মচু মুবা, মরম্লাই মতোমতা কেন্দুনা তারব, খুৎনা শাংকাইহনবা লৈনা লাইগী (ঈশ্বরগী) পূজাদা য়াদ্রে। তুলসী পত্রদি খুইরবস্তু য়াই। খারম, লৈশোক, মায়োকফা, বকুল, শিঙ্গারৈ লৈশিং অসি মখোক য়াওরবদি পূজা য়াদে কৎহৈদে।

মহাদেব পূজাদা—কুন্দো কৎহৈদে, শগোইদাক মপান. মহৈ, মনা অমদি হৈখাগোক-মনা, মহৈ কৎপদি মহাদেবনা পেল্লি।

দেবী পূজাদা—অঙ্গোৎ, শগোইদাক-মপাল, মহৈ, অমস্তুং স্বর্গগী পারিজাৎ কৎপদি তৌহৈদে।

সূর্য্য পূজাদা—জবাকুসুম কৎপ সূর্য্য দেবনা থোইনা পেল্লি।

## যম ধ্যান

বৈবস্বতং মহাকায়ং দণ্ড পাশ কর দ্বয়ম্।
পিঙ্গোর্দ্ধ কেশং ধ্যায়েচ্চ মহিষোপরিসংস্থিতম্॥

## প্রণাম মন্ত্র

ওঁ যমায় ধর্ম্মরাজায় মৃত্যবে চান্ত কায় চ।
বৈবস্বতায় কালায় সর্ব্বভূতক্ষয়ায় চ।
ঔডুম্বরায় দধ্নায় নীলায় পরমেষ্ঠিনে।
বৃকোদরায় চিত্রায় চিত্রগুপ্তায় বৈ নমঃ॥

## নমস্কার মন্ত্র

যমশ্চোৎপল বর্ণাভঃ কিরীটা দণ্ডধৃক্সদা।
ধর্ম্ম সাক্ষী বিশুদ্ধাত্মা তস্মৈ নিত্যং নমো নমঃ॥

---

মেবা থাগী কৃষ্ণ পক্ষগী ২৯নি পানবা ঙিখিব যমকিস্তা কোই, ষুমিং অসিদ. হৈরুক, পানা, ধূপ, থাওমৈ, লৈ-চন্দনচিংবন। যম-রাজবু ধ্যান তৌবগা পোংলমশিং অসি কংকনি। মহিগী কেগাম শাবগা ঘীগী থাওমৈ শেমতুনা কংকনি। অতোপ্পা কেগাম অমদা অনানবা মকং মে থাদুনা কংকনি প্রণাম মন্ত্র অমদি নমস্কার মন্ত্র থিদুনা খুৎমগনি। বৃন্দাদেবী মখোংদা যমপূজা কংকনি, লাইবগা পোংলম পুম্বা পুখোক্লগা থোঙ্গালদা থাদোকনি। মসৌ তাস্তম তৌনা যম পূজা কচ্ছববদি মানা পেনবি, ঐখোইগী মঙ্গল ফংহনবি হায়না য়াম্না নিংথিনা পূর্বাচার্য্যশিংনা চংনরবই, শাস্ত্রগী বিধানদসু অনিশুম্বা অসি চংনরি।

ওঁ অলক্ষ্ম্যৈ নমঃ

য়ুম-কৈ ইমুং-মসুং মৈহুম পায়হুনা মৈ থকথোক্কনি। হঙাম মক অংডোবনা ফত্রবা লাই-তিন তাংহোক্কনি। তুলসী মথোংদ (ময়াদা) যম্থিনা অলক্ষ্মী মুর্ত্তি শারগা লৈ চন্দন হৈরুক, পানাগা লোইননা ওঁ অলক্ষ্ম্যৈ নমঃ অসুম্না পূজা কংলগা "ওঁ অগ্নিদগ্ধাশ্চ যে জীবা যেহপ্যদগ্ধাঃ কুলে মম। উজ্জ্বলজ্যোতিষা দগ্ধাস্তে যান্তু পরমাং গতিং।" হায়রিবা মন্ত্র অসি থিগনি। লোইরগা থোঙালদা পুথোক্লগা পুম্নমক থাদোক্কনি, মহাক চংথ্রো হায়রম্লগা চংলল্লগা য়ুমদা অথুম-অহাও, হৈরুক, পানা, ধূপ দীপনচিংবনা ওঁ লক্ষ্ম্যৈ নমঃ ওঁ ইন্দ্রায় নমঃ; ওঁ কুবেরায় নমঃ অসুম্না পূজা কংকনি।

মুমিং অসিবু (মেরাগী অমাবস্যা তিথিবু) দ্বিপান্বিতা কৌই। ত্রেতাগী শ্রীরামচন্দ্রনা মনাও লক্ষ্মণ অমদি সীতা লোইননা চহি ১৪ বন চংলুরগা হল্লকপা অমসুং অরাবা কোকপা মুংঙাইবা মুমিংনি।

ওঁ অগ্নিজ্যোতী রবিজ্যোতি শ্চন্দ্রজ্যোতি স্তথৈব চ।
উত্তমঃ সর্ব্ব জ্যোতীষাং দীপোহয়ং প্রতিগৃহ্যতাম্॥

মতৌ অসুম তৌনা থাওমৈ পরেং পরেংনা য়ুম ইংখোলগী মফম পুম্বা দেবগৃহ থাওমৈ থানগনি অচুগা লোইননা মুংঙাইবা ফোংদোক্কনি। মুমিং অসিদা অরাং-অপা লৈতনবা পুন্সি শাংনবা ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজগনি। মসিগী মতুং নোংঙাল্লগা হায়বদি হিয়াঙ্গৈগী (১) নোংমা পানবা শ্রীকৃষ্ণনা হৌদোকপিরম্বা গোবর্দ্ধণ পূজা তৌগনি। যগবুস্মু পূজা তৌগনি, শ্রীকৃষ্ণদা পূজাগা লোইননা দর্শণ তৌগনি খুরুমজগনি য়ুমগী লাইবুস্মু পূজা কংকনি খুরুমগনি। নিনি পানবা হিয়াঙ্গৈগী মুমিং ভগিনী ভোজন (নিংঙোল চাক্কৌবা) হায়রিবা থৌরম অসি পাংথোক্কুনা ভক্তশিংনা থসি ফাওব চংনরি।

## সার সংগ্রহে

রবৌ পুষ্পং গুরৌ দূর্ব্বাং ভূমিং ভূমিজ বাসরে।
ভার্গবে গোময়ং দদ্যাৎ তৈল দোষোপ শান্তয়ে॥

নোংমাইজিং নুমিত্তা থাও অহিংবা তৌববা তাবদি শাংলবা লৈ অমগা লোইননা তৌগনি। লৈবাকপোকপা নুমিৎ ওইবগা লৈবাক থরদা লোইনগনি। শগোলশেন নুমিৎ ওইবগা তিংথোগা লোইনগনি। ইরাই ওইবগা যম্বি শোল্লগা থাও তৌগনি। অসুম্না থাও তৌরবদি তৌইহৌদে হায়বগী দোষ লৈতে, পংতে তৌবনদি থরি মথৈ কৈ নত্রবদি দোষ ফংবা শোইদ্রবনি।

## ভূমিকম্প ঋতু ফলম্

হেমন্তে চ বসন্তে চ যদা চলতি মেদিনী।
দিবা দুর্ভিক্ষ মরণং রাত্রৌ কম্পাঃ শুভাবহঃ।
বর্ষা কালে তথা গ্রীষ্মে শরচ্ছিশিরয়োরপি।
রাত্রৌ কম্পস্তনা বৃষ্টি দুর্ভিক্ষং পীড়নং প্রজাঃ॥

হেমন্ত, বসন্ত ঋতুগী অয়ুক নত্রগা নুংথিলগী মতমদা ভূমিকম্প তৌরবদি চেং তাংবা, অশি-অনা ওই। নুমিদাংদা ওইবগা অফবা ফল ফংই। বর্ষা, গ্রীষ্ম, শরৎ, ঋতু শিশির, থাশিং অসিদা নুমিদাং ওইরবদি অনাবৃষ্টি, দুর্ভিক্ষ, পীড়া (নোংতাংদবা, অচা-অথক ফংদবা থুদোংথিবা, প্রজাশিংগী অরা-অনা) ফংগনি। অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাংগী ওইরবা ওইদ্রগা ক্লোমগোকনি।

## বার ফলম্

(ক) ববি ভৌম শনি বাবে ভূমিকম্পো যদিস্যাৎ।
তদপি মন্ত্রজপী চাং শস্যহানিং কবোতি।
দহতি সকল বাজ্যং ছত্র ভঙ্গো নৃপানাম্।
ভবতি বিষম যুগ্ম সংশয়স্তোব লোকাঃ॥

(খ) শীঘ্রং শীঘ্রং চলতি বসুধা চন্দ্র সূর্য্যো পবাগে।
লোকে বহ্নি জ্বলতি সলিলং চঞ্চলং বা কদাচিৎ।
পৃথ্বী শস্যং ন ফলতি জনোৎ পাত কঙ্কাল মালী।
যুদ্ধে বাজা ন ভবতি জয়ী নষ্ট চেষ্টাং কবোতি॥

---

(ক) নোংমাইজিং, থাংজ, লৈবাকপোকপ। হ য়বিবা নুমিৎসিদা ভূমিকম্প তৌববদি মীওইবগী অন্না-অনা, মহৈ-মবোং, মযেং তান, মফম খুদিং মৈহৌ-লাংপোক থোকপা, অঙম-অথৌ মফম তাবা, অকিবা ফংবা, শা-লান থোকপা, পুন্নমক্কী মশব-মচ মাংবা ওই। য়ুমশকৈশা, শগোলশেল— সবম পুন্নমক্তা কৈ, চাকহোং-ভাহোংই। অতুবু শগোলশেলদি নিংথৌগী শাগৈদা থবদি শোকই। শা-সণ, চাওখৎলি, প্রজানা নিংথৌবু যোকই, কন-থুম মবাং কাইনা ফংই।

(খ চন্দ্রগ্রহণ নত্রগা সূর্য্যগ্রহণ তৌনিজেদা হন্না কন্না -মিকম্প তৌববদি মৈহো-লাংপোক, ঈশিং কাইবা, পৃথিবীগী মহৈ-মরোং, ফৌ-চেং মাংগনি। মীপুম তিংনা (পুন্নমক্কী) অমাং-অতা থোক্কনি, লান্দা নিংথৌনা জয় ওইদবা, ফাত্তবদ য়াখল মীশাং কান্নদব ওই।

** হাযবিবা অসি ভুমিৎ ভুমিৎ অতুগী তফ ফত্ত মতম হায়দি কালবেলা, বারবালা, অমদি অমৃতযোগ, মহেন্দ্রযোগনচি বগী মখল কয়াগী অগ-ফও কেংভাল্লি। অযবা পুংযমদদি থবা কৈ।

## রজ দর্শন ফলম্ (মহানবা ঋতু লাকপগী ফল)

তিথি থাবাক্নশিংগী মতুং ইন্না ঋতু লাকপগী ফল খরা—

প্রতিপদ সৌভাগ্যা, লাইবক ফবী ওই।

দ্বিতীয়া—মুংশিং চাওবা হকচাং নোংইখৎপা ওই।

তৃতীয়া—অফবা মঙ্গল, পুন্সি-মুংশাংবা ওই।

চতুর্থী—মপুবোইবনা লন-চানবা ৎপসি ওই।

পঞ্চমী—লাইবক ফবী ওই।

ষষ্ঠী—অতোপ্পা নিপাদা পুক্লিং চংবী, মিৎয়েং কাহন্নবী ওই।

সপ্তমী—লল চেনবী (সম্পত্তি লৈবী) ওই।

অষ্টমী—মপুবোইবা নাগনবা (লৈনা চেনবা) ওই।

নবমী—বিধবা ওই। (মপুবোইবা নোনা কাইনৈ।)

দশমী—অফবা মচা নিপা (লৈবী) পোকচবী ওই।

একাদশী—মচাগী মপুন্সি লেল্লি। (মচা পুন্সিদনী ওই।)

দ্বাদশী—অতোপ্পা নিপাগা চান্নগনবী (মীৎ য়াম্বী) ওই।

ত্রয়োদশী—লল থুম অমম্মুং মচা নিপা ফংজবী ওই।

চতুর্দশী—তখৎ তখৎপী, ফেৎ-ফাত লাওগনবী ওই।

পুর্ণিমা—সম্পত্তি য়াত্তবী, মুংডাই য়াইফবী ওই।

অমাবস্যা—মৃত্যু ওই। (পুন্সি তেনবী ওই)

* সন্ধ্যা মতমদা, গ্রহণ তৌরিঙৈদা অহানবা রজ দর্শন ওইববদি ফত্তে। পূর্ব্বফল্গুনী, পূর্ব্বষাঢ়া, পূর্ব্বভাদ্রপদ, ভরণী, অশ্লেষা, আর্দ্রা হায়রিব নক্ষত্রশিংদা করিগুম্ব রজ দর্শন ওইরবদি লুপ্রা ওই। মঘা নক্ষত্র ওইবগা অরাব নংগনবী ওই। পুনর্ব্বসু—মচা পোত্তবী, জ্যেষ্ঠা অমদি কৃত্তিকা হায়রিবা অসিদদি লাইববা ওইগল্লি।

## মাসানাং (থাগী অক-ফত)

১। শজিবু থাদা অহানবা মশা শেংদ্রবদি রাঙ" চখোলবী ওই।
২। কালেন " " " " মপুবোইবা নৌনা কাইনৈ।
৩। ইঙা " " " " মরুপ-মপাং লৈজদব ওই।
৪। ইঙেন " " " " মচাগী মপুন্সি চেল্লি।
৫। থৱান " " " " লাইনা চেনবী নাগনবী ওই।
৬। লাংবন " " " " মচা পুন্সিদবা ওই।
৭। মেরা " " " " শাগৈ ময়েং তাবী ওই।
৮। হিয়াঙ্গৈ " " " " সম্ম লৈবী ওই।
৯। পোইন্তু " " " " অপাম নুংশিদা ভাওবী ওই।
১০। ৱাকচিং " " " " মপুবোইবা নিংবী ওই।
১১। ফাইরেন " " " " চায়াম পোকপি ওই।
১২। লমদা থাদা অহানবা মশা শেংদ্রবদি ইথক ইবাং পাম্বী ওই।

## অহানবা ঋতু লাকপগী দোষ কোক্লবগী মরম

মথক্তা পনগ্রিবা থাশিং অসিগী মনুংদা দোষ লৈববদি লাইদা চিনি অঙংবা অমসুং থোইদিং থাও (থাও অহিংবা) কৎকনি।

(ক) নক্ষত্রগী দোষ ওইববদি—মনি, সনা, থে ইদিং, কংকনি।

(খ) করণগী দোষ লৈরগা—সনা কৎকনি, (মমলনসু যাহ।)

(গ) লগ্নগী দোষ ওইববদি -বণ-লাবা (মংলা) শ্রীবিষ্ণুদা কৎকনি।

** কবিরত্নদা পুন্নমক শোকপা তুমিং ওইববাদি, কন্যা ওইবীশিং পুন্সিগী তুংগী লম্বেল অমসুং পুন্সি লমজিং ওইরক্লবা মীওইশিংনা দোষ লৈতনা হিংনবা অথংবা পাঙ্গি গণবশিংগা উন্নরগা যাগ যজ্ঞ, পূজা অর্চ্চা দান তৌদুনা থুনা পাংথোকনি।

## গর্ভাধান নিয়ম

(ক) চতুর্দ্দশ্যষ্টমী চৈব অমাবস্যা চ পুর্ণিমা।
পাকজোতানি রাজেন্দ্র রবি সংক্রান্তি রেবচ।
স্ত্রী তৈল মাংস সম্ভোগী বোববং নবকং ব্রজেৎ॥

(খ) প্রথমেহহনি চাণ্ডালী দ্বিতীয়ে ব্রহ্মঘাতিনী।
তৃতীয়ে রজকে প্রোক্তা চতুর্থেহহনি শুদ্ধ্যতি॥

---

(খ) রমনী ওইনীশিংনা থাগী ঋতু লাকপা অহানবা নুমিত্তা সহবাস তৌকবদগী কবিগুম্ব জীব চংব্রবদি (অঙা) চণ্ডালী ওইগনি। নুমিৎ নিনি শুবদা জীব চংব্রবদি—(ব্রমঘাতক) ব্রাহ্মণ হাৎপা ওই।
" হুমনি " " " —বজকী থিশুনী ডোবীগুম ওই।
" মরিনি " " " —(শুদ্ধ) শেংবা ওই।
" মঙানি " " " —লাইবক থিবী কুইনা রাবী ওই।
" তরুক্নি " " " —মুর্খ ওইবা, লন চেন্দবী মী ওই।
" তরেৎনি " " " —লাইবগনবী, অরাবনা হেনবী "
" নিপান্নি " " " —ব্যাধি লাইনা চেনবা, মাইথং "
" মাপলনি " " " —সম্পতি রাওবী, ধর্ম্ম চেনবী "
" (১০) তরানি " " " —পণ্ডিত, জ্ঞান, লাইবক কবা "
" " মাথোই " " " —সতী, অমবা ধর্ম্ম, কর্ম্ম, তৌবী "
" " নিথোই " " " —অরাংবা মিংচৎ বিদ্বান ওইবা "
" " হুমদোই " " " —পুক্নিং হুনা চংখোনবী কজবী "
" " মরিনি " " " —পাঙ্গলব, লক্ষ্মীনা লেংদনা লৈব "
" " মঙানি " " " —লৈবাক, ধর্ম্ম, মপুরোইবা লিংবী "
" " তরুক্নি " " " —ইন্দ্রি থুহুম চনবা, জীব নুংশিবা "

** (ক) গী অর্থদি চেনা ৪ শুবগী "শাস্ত্র বিরোধ" দা তাকখ্রে।

## উপনয়ন বিশেষঃ

জন্মোদয়ে জন্মস্থ তারকাসু মাসেঽথ বা জন্মনি ভস্মভে বা।
ব্রতেন বিপ্রো ন বহুশ্রুতোঽপি বিদ্যাবিশেষৈঃ প্রথিতঃ পৃথিব্যাম॥
ইতি কৃত্যচিন্তামণৌ।

জন্ম, লগ্ন, নক্ষত্র, রাশি তাব। মতমদা কনাগুম্বা অঙাং অমবু উপনয়ন তৌবিববদি অঙ্কবিদ্যা (মবুদ্ধি মরোশিং) লৈত্রবস্থ বিত্যাদা থোইদোক হেন্দোক্ত থংব পৃথিবীদা মমিং চৎপা অথোইব মী ওই।

তাযবিবা অসিদা উপনয়ন সংস্কার তৌবা তারবদি মঙ্গাক্ষী যজ্ঞ লৈবা লৈতবা, লাই চেঙ্গা চেগুপা য়েংলবোই। য়াম্না অবাইবা নত্তে শোইবদি শোইফদ্রবা ফলনি। মথম অসিনা মমাংদা থরক কয়া কয়াগী অয়া-য়াদ, অফ-ফত্ত, মখল বযা কয়া হায়খি। পামান— কনাগুম্বী মচা নুপী অমসুং নিপা অনিগী বিবাহ য়ারম্না লুহোংবা। তাবনদি যুমহোং কৈকো, কাম দা লাই লৈবা লৈতবা অমুক হন্না য়েংলবোই। সামান্যং বিশেষেণ বাধ্যতে— অবাইবা পৌবমদি মক ওইবা কম্মনা পলহল্লি। কম্ম তৌবা খুদিংদা য়াম্না চেকশিনগনি।

## বগলা মুখী ধ্যান

ওঁ (নমো) হ্লীঁ বগলামুখি সর্ব্ব দুষ্টানাং বাচং মুখং স্তম্ভয়
জিহ্বাং কীলয় কীলয় বুদ্ধিং নাশয় হ্রীঁ ওঁ স্বাহা॥

## প্রণাম মন্ত্র

সর্ব্ব মঙ্গল মঙ্গল্যে শিবে সর্ব্বার্থ সাধিকে।
শরণ্যে ত্র্যম্বকে গৌরি নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥

বগলা মুখ্যৈ বিদ্মহে ছিন্নভূস্তায়ৈ ধীমহি তন্নো দেবী প্রচোদয়াৎ ॥

---

তন্ত্রসার শ্রীবগলা মুখী দেবী ব্রহ্মাস্ত্র স্বরূপনি, য়েক্লব খিবিক মাংহনবীনি, মী মগাক্না মী অমবু মাংননবা ভৌশিল্লকপদা মচাক অদু যুগীগুম ওইহল্লি। অতৈ অমুক হায়নিংঙাই লৈত্রে, মক ওইনা ইমান্নবা অনি হিদান্নবদা য়েক্লব মাগী হি অতুগী খোংজেন লেপহনব অমদি পরীক্ষাগী মতাংদা জয় ওইবা ফংই। মরম অসিনা সামান্য ওইবা ধ্যান মন্ত্র, প্রণাম মন্ত্র অমদি গায়ত্রী তত্তনা নিত্তিগী শোঞ্জবা খুরুমজবা লেম্না মাংদে। ফল পাম্বদগী মরম চাদনা পংনিদা নির্বাদ চুমদে। বগলা মুখী দেবী পূজাসিদি য়াম্না পাক চাওই, চুম্নগী পূজা ভাক্তা নত্তে বগলা মুখী দেবী পূজাদি অখংবা ব্রাহ্মণনা অপাম্বা মরমদা চুম্না পূজা কচ্চবগা হোম জপ, অভিষেক তর্পণ, অসিনচিংবা মরম কয়া তাক্তনা লৈরি। নিয়মশিং চুম্না কচ্চবদি শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি প্রত্যাঙ্গিবা যন্ত্রগুম্বনি কবচ স্তোত্র পাঠনচিংবা কয়াম্ম লৈরি। হায়রিবা শ্রীবগলা মুখী দেবী পূজাদি "তৃতীয় নিত্য পূজা পদ্ধতী" দা পুম্নমক্না মিংথেং তাবীগনি।

১। ওঁ মঙ্গলগী শক্তম ওইবী হলীঁ বীজ মন্ত্রনি হে ইমা বগলা মুখি ঐবু ফত্তনবা ভৌবক্লিবশিংগী মচিল, মমাই, লৈযেং পুম্নমক ফাজিনবীরো। উচুক্কুম লেংহনবীরস্ত্র বুদ্ধিসু মাংহনবিরো অস্থুম্না হায়জগনি

২। অযাম্বা মঙ্গল পুম্বগী মশক ওইবী হে শিবে! অপাম্বা পুম্বা ফংহন্বী, চংজবিবশিংবু চানবী হৈবী হে মাইথোং অহুম শায়োনবী, ত্র্যম্বকে-গৌরি-নারায়ণি খুরুমজরি।

## নাম অপরাধ মখল ১০

(পদ্ম পুরাণ)

১। শ্রীবিষ্ণুগী নামদগী তোঙান তোঙানব মহাদেবনচিংবগী নাম্না হেল্লি হায়না খনফবোই অমসুং নিংফরোই।

২। হরি নামগী অর্থদা অপনবা, খোওইদবা তৌফদে।

৩। নামগী মগুনবু চিন্দনা থাগৎপা, পুক্তি য়াওদবা তৌফদে।

৪। নাম শোল্লগা পাপ লংশিনবগী মংশান তৌফরোই।

৫। নামগা ব্রতগা মান্নে অমসুং দান তৌবগসু মান্নে খনফদে।

৬। থাজদবা মীওইদা নামগী মগুন খক তাকফদে।

৭। নামবু শোল্লে অহু মওাই, শোংন্দ্র থোইদোক্তে অহুম্না থাজবা লৈংত্তব মাগী ঐ ইশাগী) শক্তিনা হেল্লি খনফরোই।

৮। শ্রীগুরুদেববু মীনি হায়দুনা খোওইদবা হৌনদে।

৯। বেদ, শাস্ত্রবু নিন্দা তৌবা অমদি পুক্রিংদা থলহৈদে।

১০। সাধশিংবু তথি তখিনা ডাংফদে।

---

"বস্ত্রেণ শিরঃ প্রাবৃত্য মল মুত্রং ত্যজেৎ"

মীয়োনবী নুপীশিংনা মলং অচৌবা. মচা, (মপান থোকপা, অমসুং মাংবা) চংবদা কোক্তা ফি অমা খুম্নগা তৌগনি পাংথাক্কনি অসুন্না "দক্ষগী" বচনসু লৈ, নত্রবদি "গর্ভস্রাব" ওইগনি (লাইরৈ চৎকনি) অসুম্না তাক্লি।

**মরম অসি লৈবনা নুপীশিংনা অক ফক্ত ডাকন চৎকদবা ওই। মমাংথৈদদি নুমিৎ থা উবা য়াদবা হায়না য়াম্না চেকশিন্না রক্ষা তৌনবম্মি, তৌজিক্কী মীয়োলদদি লাইংথ'রবক্লে।

## চতুর্থঃ স্কন্ধঃ

চতুর্থে.২য়.য়ঃ

শ্রীমৈত্রেয় উবাচ।

এতাবদুক্ত্বা বিররাম শঙ্করঃ পত্ন্যঙ্গনাশং হ্যুভয়ত্র চিন্তয়ন্।
সুহৃদ্দিদৃক্ষুঃ পরিশঙ্কিতা ভবান্নিষ্ক্রামতী নির্বিশতী দ্বিধাস সা॥ ১

---

মরিশুবা অধ্যায়দা বর্ণন তৌরক্কদবদি দক্ষ প্রজাপতি মচা ইবেম্মা সতীনা মপাগী যজ্ঞ থুকমজনিংবনা মপুরোইব শ্রীমহাদেবগী মফমদা ননাইগী জন্ম পিতানা কৎলিবা যজ্ঞ থুকম্বা চৎচনিংই হায়না য়াম্মা নোল্লুকচবদগী মপুরোইব শ্রীমহাদেবদা যজ্ঞ থুরুম্বা চৎচগে হায়জবদা থিংহৈদবা মরম লৈবনা য়াবিরত্তনা মপুরোইব থুরুমজরগা মপাবুং দক্ষগী যজ্ঞ থুকমজখি। পুজবক্লিবা হৈ, লৈ পুম্নমক যজ্ঞদা কৎচখি। সভাবুসু থুকমজখি অরোইবদা মপা দক্ষ প্রজাপতিনা অবমান (ইকাইবা পিবা) থাংবা ঙমজদবদগী যজ্ঞ কুণ্ডদা চোংশিনহুনা থরাই থাখি হায়বসি বর্ণন তৌরক্কদবনি।

মৈত্রেয় উবাচ—মুনি মৈত্রেয়না ভাগবত তাজরিবা বিদুরগী মফমদা হায়খি। শঙ্করঃ উভয়ত্র হি চিন্তয়ন্–মপুরোইব মহাদেবনা মাইকৈ অনীমক্কী অক-ফত্ত ওইবা হায়বদি যজ্ঞ কৎলিবা মপাবুং দক্ষ প্রজাপতিগী যজ্ঞ থুকম্বা চৎচগে হায়জরকপদা চৎকনু হায়না থামবসু তৌহৈদে, চৎলো হায়না য়াথং পিরবসু মনাই ওইবী সতীগী প্রাণ মাংবা ওইগদবা থোরম অসি য়াম্মা চিন্তা তৌরগা, এতাবৎ উক্ত্বা বিররাম=মথা তাদনা লৈখি। অদুবু সা সুহৃদ্দিদৃক্ষুঃ =পত্নি ওইবী মনাই সতীনদি যজ্ঞগী মীয়ামশিং উজনিংবনা, নিষ্ক্রামতী ভবাৎ শঙ্কিতা নির্বিশতী দ্বিধা আস= সুমঙ্গদগী মপান থক থোকচবসু মবুংঙো মহাদেবদগী চিংনজহুনা ইমুংদা অমুক চং, মপান্দা অমুক থোরক মঙৌ অসুম্মা লৈখি॥ ১॥

স্বঙ্গদ্দিদৃক্ষা প্রতিবাধিতুর্ম্মনাঃ স্নেহাদ্দশ্যাশ্রুকলাতিবিহ্বলা।
ভবং ভবান্যপ্রতিপুরুষং রুষা প্রধক্ষতীবৈক্ষত জাতবেপথুঃ ॥ ২
ততো বিনিঃশ্বস্য সতী বিহায় তং শোকেন রোষেণ চ দূয়তা হৃদা।
পিত্রোরগাৎ স্ত্রৈণ্যবিমূঢধীর্গৃহান্ প্রেম্ণাত্মনো যোঽর্দ্ধমদাৎ সতাং প্রিয়ঃ ॥
তামন্বগচ্ছন্ দ্রুতবিক্রমাং সতীমেকাং ত্রিনেত্রানুচরাঃ সহস্রশঃ।
সপার্ষদযক্ষা মণিমন্মদাদয়ঃ পুরোবৃষেন্দ্রাস্তরসা গতব্যথাঃ ॥ ৪

---

মরুপ মপাং খিবিফ উননিংবগী আশাতু উকবস্থ হায়রবস্থ সতী মাগী পৃক্লিং অরাব ওইনি, মুংশিজকবা (প্রেমদগী) মিতগী শিন্থরকপ পিবা পনা খোইনমুক হেন্না রাজকবা, (নিংবা কাইবনা মবম ওইতুনা অশাওবা) অমদি থম্মোই শোক্লা নিকপা. মুংশিজবা প্রেমদগী নিংবা কাইরতুনা মিতগী শিন্থবকপা পিরাংনা দেহ চোৎনা রাজবা, ঐগী সতী দেবীনা মশা থক থক নিকলতুনা মহাদেব ঐবু থাংজমদবগী মতৌগুম য়েংলকনি থল্লি। সতী গৃহগী মুংদা অমুক মপান্দস্থ চৎনিংবগী ইচ্ছা সতী দেবীনা মপা লৈতনা শ্রীমহাদেববু অশাওবনা থাংজমদনা য়েংখি ॥ ২

অসিগী তুংদা মুপী ওইবীনা (পংজরবী সতীনা) মহাদেববু থাদোক্লনা, মুংশাশ্বব ফুইনা হোন্দুনা সাধুশিংগী চান্নবা ওইবা প্রেমনা মাগী হকচাং তঙ্খাই ওইবা শ্রীমহাদেববু মুংজাইতবা অরাবা চৎহন্দবগী মুংজাইবনা তিল্লবী সতীনা মপামদা চৎখ্রে ॥ ৩

মহাদেবগী মনাই মনিমৎনচিংবনা পার্ষদ অমদি দক্ষশিংগা লোইনতুনা লিশিং লিশিং ওইবা মহাদেবগী মনাইশিংনা খোগল্লবা বৃষভনা মাং থারতুনা অত্থুগুম্বী য়াম্না থুনা য়াংনা চৎলিবী মথন্তা তাইরবী সতীবু তুংইন্দুনা অকিবা লৈতনা দক্ষপুর মপাম লমদম ভয়া সতা দেবা চৎখি ॥ ৪

তাং সারিকা কন্দুক দর্পণাম্বুজৈঃ শ্বেতাতপত্র ব্যজনস্রগাদিভিঃ।
গীতায়নৈ র্দুন্দুভি শঙ্খবেণুভি র্বৃষেন্দ্র মারোপ্য বিটঙ্কিতা যযুঃ॥ ৫
আব্রহ্ম ঘোষোর্জ্জিত যজ্ঞবৈশসং বিপ্রর্ষি জুষ্টং বিবুধৈশ্চ সর্ব্বশঃ।
মৃদ্দার্ব্বয়ঃ কাঞ্চনদর্ভচর্ম্মভি র্নিসৃষ্টভাণ্ডং যজনং সমাবিশৎ॥ ৬
তামাগতাং তত্র ন কশ্চনাদ্রিয়দ্ বিমানিতাং যজ্ঞকৃতো ভয়াজ্জনঃ।
ঋতে স্বসৄর্বৈ জননীঞ্চ সাদরাঃ প্রেমাশ্রুকণ্ঠ্যঃ পরিষস্বজু র্মুদা॥ ৭

---

অমুক্তি মথোইশিং অতুমা সতী দেবীবু বৃষভদা হাপুনা সতীগী মমান্নবী ১দি অযোকপা চোঙা, মইনা, (বল মী) শকযেং-নুংশেন, থম্বাল, শেকপিন, চামর, ভমাই, লৈ পরেং, ঈশৈগী মথল মচনশিং ওইবা ডুন্দুভিঃ পুং, মোইবুং, বাঁশী, পুম্নমক্না লৈতেং ওইহুনা দক্ষ প্রজাপতিগী মচা ইবেম্মা সতীনা চংখি॥ ৫

সতী দেবী মপাম লমদম য়োংশ্রে যজ্ঞ শালাদা চংশ্রে। মফম অতুদা ব্রাহ্মণশিংনা মাইকৈ পুম্নমক্তা বেদ পাঠ তৌবগী খোঞ্জেল্লা পুমনিল নিল্লি। যজ্ঞ তৌবদা পশু বলি পূজা কৎফম শা হাৎপাম লৈরম্মি। লাই অমসুং ভৃগুনচিংবা ব্রাহ্মণ কযানা চাওনবা সভা অতু লৈতেংই। যজ্ঞ তৌবদা পোং হাপনবা পাত্রশিং লৈপাক, উ, য়োৎ, সনা, লুপা, কুশ অসিনচিংবা কয়ানা শাবনা থনখ্রে॥ ৬

অমুম্মা সতীনা যজ্ঞ গৃহদা চংলকপদা মাবু থওইনা তৌবিখিদ্রে হায়বদি দক্ষ প্রতাপ (মপা) কিবনা কনা অমত্তনা তরাম্মা তৌদ্রে প্রেমনা মবম ওইহুনা লুনমু তৌজবনা মচিন মনাওশিংগা মমাদনদি উরগা কপ্পুনা ইমাগী ইবেম্মা হায়রম্লগা রা মথা তাবা ডমদনা মচাবু চেৎনা কোনজখি॥ ৭

সৌদর্য্যসংপ্রশ্নসমর্থবার্ত্তয়া মাত্রা চ মাতৃস্বসৃভিশ্চ সাদরম্।
দত্তাং সপর্য্যাং বরমাসনঞ্চ সা নাদত্ত পিত্রাপ্রতিনন্দিতা সতী॥ ৮
অরুদ্রভাগং তমবেক্ষ্য চাধ্বরং পিত্রা চ দেবে কৃতহেলনং বিভৌ।
অনাদৃতা যজ্ঞসদস্যধীশ্বরী চুকোপ লোকানিব ধক্ষ্যতী রুষা॥ ৯
জগর্হ সামর্ষবিপন্নয়া গিরা শিবদ্বিষং ধূমপথশ্রমস্ময়ম্।
স্বতেজসা ভূতগণান্ সমুত্থিতান্ নিগৃহ্য দেবী জগতোঽভিশৃণ্বতঃ॥ ১০

---

সতীবু মমা অমদি মমাগা পোকমিন্নবী মচিন মনাওশিং নম্বু তবাম তরাম্না কৌবা, ভাংব, শকপগা লোইননা পেলহনবৰু (মুংশি চানবৰু) মপাগী মুংশি হৈতবা ৱাভাং ৱাঙা, ইঙ্গিৎ, মিৎয়েং নায়েং অসিনা মৰম ওইহনা (ইকাইজবনা) থাংডমদ্রবী, মচা ইবেম্মা সতী দেবীনা মভোন্দা মৱাম্না তৌবিরকপা আশীর্ব্বাদ লৌখিদরে॥ ৮

যজ্ঞ সভাদা সম্মান তৌবীদ্রবী লৈবাকী মবেম্মা সতী দেবীনা যজ্ঞগী মতাংদা মপা দক্ষনা, মহাদেবগী পূজা অমদি যজ্ঞ কংকন্নু ঐগী য়েক্লবনি হায়বা মহাক্কী মুংশি ৱাহৈ ওইদবা, মঙ্গলগী শক্তম, ওইগদবা পূজাবু অমঙ্গল ওইহনবিয়ু হায়বগী মওং ওইব হেন্না মেলা উকবগা অশাওবনা লোক পুম্নমক চাকথেকহল্লগে মতাঙ্গুম থম্মোই শোক্লা শাওখি॥ ৯

সতী দেবীনা মশাগী মতিক মঙাল্না চোংথেক্লক্লবা ভূত প্রেত মপৈ মপৈ কয়াবু ফাজিন্দুনা অমদি কম্মমগীদা ঐ মঙাইবে নাপন তৌরবা দক্ষ প্রজাপতি, সতী পোকপা মপাবু অশাওবনা হেনথিবন খোঞ্জোন থোক্তরবা, পেন্দ্রবা ৱাহৈ থিবিক্লা নিন্দা তৌখি॥ ১০

শ্রীদেব্যুবাচ।

ন যস্ত লোকেঽস্ত্যতিশায়নঃ প্রিয়স্তথাঽপ্রিয়ো দেহভৃতাং প্রিয়াত্মনঃ
তস্মিন্ সমস্তাত্মনি মুক্তবৈরকে ঋতে ভবন্তং কতমঃ প্রতীপয়েৎ ॥ ১১

দোষান্ পরেষাং হি গুণেষু সাধবো গৃহ্ণন্তি কেচিন্ন ভবাদৃশা দ্বিজ।
গুণাংশ্চ ফল্গূন্ বহুলীকরিষ্ণবো মহত্তমাস্তেষবিদদ্ভবানঘম্ ॥ ১২

নাশ্চর্য্যমেতদ্‌যদসৎসু সর্ব্বদা মহদ্বিনিন্দা কুণপাত্মবাদিষু।
সের্ষ্যং মহাপূরুষপাদপাংশুভির্নিরস্ততেজঃসু তদেব শোভনম্ ॥ ১৩

---

শ্রীদেবী সতীনা হায়খি। জগৎ অসিদা লৈরিবা থরাই পানবা কয়াগী থরাই ওইবা শ্রীমহাদেব, ঐগী ইবুংঙোগী য়াম্না হেন্না চানবা কনাসু লৈতে, চানদবসু লৈতে, অচান-চানদা, মীচং-মীথাই নাইবা শুকলৈ লৈতে। অদুবু মুক্তবৈরি ওইবা শ্রীমহাদেবদা নং নত্তনা কনানা প্রতীকুল ওইবগে? নংতনা মহাদেববু য়েন্নখনি ময়েক শেংনা নখয়াৎ লাওনা ভাংবসি উৎলি ॥ ১১

হে দ্বিজ! হে অপোকপা পিতা ইবুংঙো! সাবিত্রী সংস্কার তৌরবা হায়বদি গুরু আচার্য্যনা উপণয়ন (নগুণ থাংবিববা) গায়ত্রী ফংলবা মচাকুম্বা সাধুশিংনা অতোপ্পশিংগী মগুন কয়াবু দোষ ওইনা শিংথাবদি কন্যানসু লৌনদে চৎনদে, খবদং লৈবা দোষবুদি মগুন ময়াম্না লেমনা ফজনা শিংথানৈ। পুন্নমকী চৎন পথাপ করি-মত্তা খংবিত্রে ইপা ইবুংঙো নহাক্তী গুণদা দোষতা মনিংবনি ॥ ১২

করিসু কান্নদবা হকচাংবু ঐনি নিংবা কত্তবা জীবদদি মখোইনা সাধু নিন্দা তৌববু ওন্না ভৈনবনি হায়না উকম খোক্তে, মরমদি

যদ্‌দ্ব্যক্ষরং নাম গিরেরিতং নৃণাং সকৃৎ প্রসঙ্গাদঘমাশু হন্তি তৎ।
পবিত্রকীর্ত্তিং তমলঙ্ঘ্যশাসনং ভবানহো দ্বেষ্টি শিবং শিবেতরঃ ॥ ১৪
যৎপাদপদ্মং মহতাং মনোঽলিভির্নিষেবিতং ব্রহ্মরসাসবার্থিভিঃ।
লোকস্য যদ্বর্ষতি চাশিষোঽর্থিনস্তস্মৈ ভবান্ দ্রুহ্যতি বিশ্ববন্ধবে ॥ ১৫
কিং বা শিবাখ্যমশিবং ন বিদুস্ত্বদন্যে ব্রহ্মাদয়স্তমবকীর্য্য জটাঃ শ্মশানে।
তন্মাল্যভস্মনৃকপাল্যবসৎ পিশাচৈর্যে মূর্দ্ধভির্দধতি তচ্চরণাবসৃষ্টম ॥ ১৬

---

ফত্তবা মীশিংবু সাধুগী চরন্দা পকপা উকুন্না ফওবা কয়াগী মতিক ময়াই পাপ কয়া কন্নাবু মাংহনবি অফবা মঙ্গল কয়া ফংহনবিরকই, অদুগুম্বা দুষ্ট ওইবা মীভই শংনা মমৈদদি মশাগী লৈতেং ওইরকই।

ইবুংঙো মাগী খ্বাইনা ইথং পুকথং থ নরিবা ময়েক অনিগী শক ওইবা শিব কৌবা নাম অসিবু কনা ওইবা মীশিংনা চুম্নগী ব্রাতা চাকবদগী মপুক্রস্থ থোইনা খন্থকদনা হেক শোল্লবদা মী অদুগী পাপ পুম্বা খুদক্তা হেক্তা মাংই, অদুগুম্বা শেংলবা মিংচৎ চৎপা শ্রীমহাদেববু জগৎ কনানস্থ নমথৎপা ডমদ্রববু শিব নাইরিবা অমঙ্গল ফংগবদা নংনা য়েক্নরিবসি ওস্তোকপনিদকো॥ ১৪

ইবুংঙো মাগী মখোং থম্বালবু ব্রহ্মাগী বস ওইবা লৈহিনু থকচ-নিংলিবা সাধুগী পুক্লিং থোইমুনা ক্লমিৎ চুপ্পা থকচতুনা সেবা তৌজরিবনি। ইবুংঙো মঙোন্দা মনাইনা নিংবা থুংহনর্বনি, অসিগুম্বা তাইবংপানবা পুম্নমকপু ফনবা তৌবিবা তাহবং মরুপপু নহাকীদি য়েক্নবা ওইরি॥ ১৫

ঐগী ইবুংঙো শ্রীমহাদেবনা জটা ফারতুনা মোংফমদা মোংফমগী লৈ পরেং মীকোক্লা লৈতেংতুনা, অমদি মোংফমগী উৎনা হকচাং

কর্ণৌ পিধায় নিরিয়াৎ যদকল্প ঈশে ধর্ম্মাবিতর্য্যসৃণিভির্নৃভিরস্যমানে
ছিন্দ্যাৎ প্রসহ্য রুশতীমসতীং প্রভুশ্চেৎ জিহ্বামসূনপি ততো বিসৃজেৎ স ধর্ম্মঃ॥ ১৭

অতস্তবোৎপন্নমিদং কলেবরং ন ধারয়িষ্যে শিতিকণ্ঠগর্হিণঃ।
জগ্ধস্য মোহাদ্ধি বিশুদ্ধিমন্ধসো জুগুপ্সিতস্যোদ্ধরণং প্রচক্ষতে॥ ১৮

---

পুম্বা তৈশিন্দুনা কজহনবা পিশাচ কয়াগা লোইনদুনা লৈরি, অদুগা ইবুংঙো মাগী চবন্দগী তাথিবা জলবু দক্ষ নং নত্তুনা ব্রহ্মানচিংবা কযানা শেংনবগীদমক মকোক্তে। হাপই, ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা ইবুংঙো মাগী নাম শিব হাযবদি মঙ্গল হায়বনি মসিবু হৈ পিং দক্ষ নংনা অশিবা অমঙ্গল হায়বসি করিনো॥ ১৬

ধর্ম্ম ঙাকপ মপুদা কোচি য়াওদনা রাবকপিনবা মী কয়ানা নাকোং মেনশিন্দুনা ফত্রবা মাবু মায়োক্লবদি মতিক ওইজদবনা লাপ্পা হন্দোক্কনি চৎথোকথিনি, (প্রভুচেৎ) অঙম্বা কনানা "অসৎ" ওইবা ফত্তবা তমথিবা মাগী মরৈ লৈয়েং অত্থু ককথৎকনি অদুগী তুংদদি থরাই থাদোকপতনা ধর্ম্মনি হায়নৈ॥ ১৭

মবম অসিদগী শ্রীমহাদেব নিন্দা তৌবিবা যেক্লরিবা নংগী পোক্লিবা হকচাং অসি ঐনা লৈহল্লরোই। খংদদুনা চাশিনপ্রবা ফত্রবা চিঙ্গাক (হুদি) ওথোক্লবতদা শেংবনি হায়নৈ॥ ১৮

ন বেদ বাদানমুবর্ত্ততে মতিঃ স্ব এব লোকে রমতো মহামুনেঃ।
যথা গতির্দেব মনুষ্যয়োঃ পৃথক্ স্ব এব ধর্ম্মে ন পরং ক্ষিপেৎ স্থিতঃ॥ ১৯
কর্ম্ম প্রবৃত্তঞ্চ নিবৃত্তমপ্যৃতং বেদে বিবিচ্যো ভয়লিঙ্গমাশ্রিতম্।
বিরোধি তদ্যৌগপদৈক কর্ত্তরি দ্বয়ং তথা ব্রহ্মণি কর্ম্ম নর্চ্ছতি॥ ২০
মা বঃ পদব্যাঃ পিতরস্ম দাস্থিতা যা যজ্ঞশালাসু ন ধূনবর্ত্মভিঃ।
তদন্ন তৃপ্তৈরসুভৃদ্ভি রীড়িতা অব্যক্তলিঙ্গা অবধূতসেবিতাঃ॥ ২১

মশাগী আত্মাদা পেন্না নিংজ শোঞ্জরবা আত্মারাম ওইবা মহামুনিগী পুকচেন্না বেদগী মশানা তৌবা য়াই য়াদে থিবিক লৌদে হায়বদি লাইগী মীগী অনিগী গতি হায়বসি তোঙাল্লি, অদুগুম্না মশা মশাগী ধর্ম্মদা অতোপ্পগী ধর্ম্মবুস্ম নিন্দা তৌফদে॥ ১৯

রাগ ধর্ম্ম বৈরাগ্য ধর্ম্মনা য়ুমক্ষম ওইবা কর্ম্ম প্রবৃত্তি নিবৃত্তি ধর্ম্ম হায়বদি অগ্নিহোত্র যাগনা স্বর্গ কানবা ফংনবা শম দম উপরতি তিতিক্ষানচিংবা মথল তরুক্না মোক্ষ ফংনবা কর্ম্ম অসি অচুম্বনি মানা মানা পাম্বা মতৈ পাম্বা অমদি পামদবা অনিগী ব্যবস্থা বেদনা তাকলি, অদুবু কর্ম্ম অনিমক অসি পুন্না অমতদা লৈমিন্নবদি য়াদে বিরোধি ওই, হে পিতা নং থংদ্রমাল্লে অমত্বগা অজ্ঞানবগা অনি পুন্না লৈমিন্নফদে, শিব মহাদেবনা নিবৃত্তি মার্গনু তৌদে ইবুংতো মহাত্তি ব্রহ্মনি. ব্রহ্মদা কর্ম্মনা চংদে লৈতে থংউ॥ ২০

হে পিতঃ ঐশ্বর্য্যইদা লৈবা সিদ্ধি অনিমা মহিমা লঘিমা প্রাপ্তিনচিংবা অমসুং বৈরাগ্য প্রেম সুখ অসিদি নংথাইদা লৈবা পদবী নত্তে, মরমদি বেদনা হায়বা ভুমিং চুপ্পা যজ্ঞ তৌবগী ধর্ম্মনি হায়না থাজবা, যজ্ঞগী শেষ চারগা পাপ লৈতরে থন্দুনা কাক্কুন্না

নৈতেন দেহেন হরে কৃতাগসো দেহোদ্ভবেনালমলং কুজন্মনা।
ব্রীড়া মমাভূৎ কুজনপ্রসঙ্গত স্তজ্জন্ম ধিগ্ যো মহতামবদ্যকৃৎ॥ ২২
গোত্রং ত্বদীয়ং ভগবান্ বৃষধ্বজো দাক্ষায়ণীত্যাহ যদা সুদুর্ম্মনাঃ।
ব্যপেত নর্ম্মস্মিত মাশু তদ্ধ্যহং ব্যুৎস্রক্ষ্য এতৎ কুণপং ত্বদঙ্গজম্॥ ২৩
শ্রীমৈত্রেয় উবাচ।
ইত্যধ্বরে দক্ষমনূদ্য শত্রুহন ক্ষিতাবুদীচীং নিষসাদ শান্তবাক্।
স্পৃষ্ট্বা জলং পীতদুকূল সংবৃতা নিমীল্য দৃগ্যোগপথং সমাবিশৎ॥ ২৪

যজ্ঞগী পোত্তো চারগা মশা হুগী ফনবা হোৎনবা, হায়েং শিবগা মৈখদা লম্নেন ওইবগা মথারোমদা চৎকদবনি। ঐখোইনা পাম্বদি হকচাং অসিদা লৈবিবা একাদশ ইন্দ্রিয়শিংনা সনক সনন্দ নারদশিংবা অবধূতশিংনা শিংথানরিবা মাবু সেবা তৌজখিবা মাগনি॥ ২১

শ্রীমহাদেববু দোষ তৌবা নংগী হকচাংদগী পোক্লিবা ঐঙোন্দা পাল্লিবা ঐগী হকচাংসে মপোক ফত্রবনি, অসিগুম্বা দেহ অসে কান্নদ্রবনি, হকচাং অসিনা নংগা মরি লৈনকবা ঐগী হকচাংনি হায়না হিংবসে ঐ পামদ্রে ইকাইজবে, তোনথ্রবা মপোক্কি ফওরে ঐগী মপোক॥ ২২

ভগবান অরেপ্পা জ্ঞান ঐশ্বর্য্যনা তিনবা বৃষধ্বজ ধর্ম্ম ঙাকপিবা শ্রীসদাশিবনা "হে দাক্ষায়নি" নুংশিবিদুনা দক্ষগী মচা নুপী হায়না নংগা মরি লৈনবা থোক্লবা ইমিংবু কৌবিবকপা মতমদুদা প্লুক্লিং য়াম্ন নুংঙাইতবা ওই, মরম অসিনা নংনা পোকপা জড় ওইবা হকচাং শরুক অসি হুপ্লেকখ্রগে॥ ২৩

মৈত্রেয় মুনিনা হায়। হে যেক্লবা মাংহনবা বিদুর! অসিগী তুংদা দক্ষবু অহুম্না থিনা হায়বম্লগা সতীনা যজ্ঞগী অরাং মাইকৈদা

কৃষ্ণা সমানাবনিভৌ ভিংগাসনা সোদাঃমুখাপা চ নাভিচক্রেতঃ।
শনৈর্হৃদি স্থাপ্য ভিয়োবসি স্থিতং কণ্ঠাদন্তর্ভ্রুবে মধ্য মনিনিঃভানকং ॥ ২৫
এবং স্বদেহং মহতাং মহীয়স' মুহুঃ সমাবেশিত মঙ্কমাদরাৎ।
জিহাসতী দক্ষরুষা মনস্বিনী দধার গাত্রেষনিলাগ্নি ধারণাম্ ॥ ২৬

---

লৈবাক্তা ফমখি রা ভাংখিদ্রে, শিরগে পনাই অসি থাদোক্লগে লেপথ্রবী সতীনা ফি নাপুনা মশাদা কুপশিল্লে যোগানন্দা ফমথ্রে, আচমন তৌবে মিৎ অনি উশিন্দুনা যোগ পথদা চংতুনা যোগ ধারনা তৌগ্রে ॥ ২৪

যোগাসন্দা ফমতুনা যোগ তৌবিবী সতীনা নাভিপদ্মদা মীওইবগী দেহদা যড়চক্র ৬ (তকক, লৈবি গাক্তৌদা লৈরিব চক্রবু মনিপুর কৌই, প্রাণায়াম তৌতুনা প্রাণবায়ুন "অপানে" চপ মান্নলা অপানদা থয়গা অতুগী তুংদা "উদানে" উদানবায়ুবু খঙ্মোইদা থাঙ্গতুনা বুদ্ধিগা লোইননা "হৃদি" থম্মোইদা লৈতল্লগা অতুদগী থবাক য়েৌরন স্বরবু খৌবিবোমদা অহগী তুংদা মথং মথং পুথংলতুন খৌরিদগী পিশুন অনিগী মরক্তা সতী দেবীনা থাঙ্গৎখি ॥ ২৫

মনস্বিনী ওইবী পুক্রিং থুক্কংতবী সতীনা অসুম তৌতুনা দেহগা জীবগা অনি কাইনবনি হায়বগী চিংনদ্রবী সতী সনবনচিংবা ব্রহ্মাগী মচা ৪ (মনি) না হন্না হন্না নিংনথ্রবা মহৎশিগী অথোইবা শ্রীরুদ্র-দেব মকুংতোনা সতী মহাক্কী মশা (হকচাং) বু শম্পাক্তা হন্না হন্না হাপথ্রবা দেহবু দক্ষ প্রজাপতি মহাক্না অপমা তৌবনা মবম ওইতুনা থরাই থাদোক্লগে নিংলবী ওইতুনা দেহ পুন্নমক মুশিৎনা হুম্নবা মৈনা থন্না লেংহ মহৌরক্লে নিংথ্রে ॥ ২৬

ততঃ স্বভর্ত্তুশ্চরণাম্বুজাসবং জগদ্‌গুরো শ্চিন্তয়তী ন চাপরম্।
দদর্শ দেহো হতকল্মষঃ সতী সদ্যঃ প্রজজ্বাল সমাধিজাগ্নিনা॥ ২৭
তৎ পশ্যতাং খে ভুবি চাদ্ভুতং মহদ হাহেতি বাদঃ সুমহা নজায়ত।
হন্ত প্রিয়া দৈবতমস্য দেবী জহাবসূন্ কেন সতী প্রকোপিতা॥ ২৮
অহো অনাত্ম্যং মহদস্য পশ্যত প্রজাপতে র্যস্য চরাচরং প্রজাঃ।
জহাবসূন্ যদ্বিমতাত্মজা সতী মনস্বিনা মানমভীক্ষ্ম মর্হতি॥ ২৯

---

অদুগী তুংদা সতীগী ধ্যান্না তাবংপানবগী গুরু ওইবা শ্রীরুদ্র-দেবগী মখোং থম্বালগী লৈতিত্তবু নিংজহুনা সতীনা অতোপ্পা কনা উথিদ্রে মপুবোবত্তবু উজগ্রে নিজগ্রে হে প্রভু লাইবক খিবী ননাইন শ্রীচরণ সেবা মতোল লোমজবমদ্রি জন্মান্তরদা সেবা ফংহনবীয়ু হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজখি, ঐ দক্ষগী মচা মুপীনি খল্লগা পুন্নমক কোকথবে, খুদক্কা যোগ ধাবনাগী সমাধিদগী হৌরকপা মৈনা চাকখি নিত্য দেহ ফংখি। ২৭

অসিগী তুংদা আকাশদা পৃথিবীদা লৈবিবা পুন্নমক্না হা হা হায়না চাংনবা লাওনবা ওইখি, ওস্থোকপনি দেবতা পুন্নমক্কী অখোইবা শ্রীরুদ্রগী প্রিয়া দেবী চান্নবীবু প্রজাপতিনা শাওহল্লবী ওইখিহুনা ওইথোক্তবা হৌনদবা থোদোক সতী থরাই থাদোকখবে॥

অওকপনি ওস্থোকইদা দক্ষ হায়বসে ফত্তে ফত্তে অসুক য়াম্বা প্রজা পুন্নমক মানা য়োক্নদবনি, মাগী প্রজানি হায়বসে করম থোরগবা, মানা থিনা তৌবিকবগী মচা মুপী পুক্চেল ফজবী সতী ওইবী মচা ইরেম্মনি মুনিৎ চুপ্পা সন্মানতা তৌগদবনি, মুংশি হৈতবা মানা থিনা তৌরুবনা পামুজনা থরাই থাদোকলে॥ ২৯

সোঽয়ং দুর্ম্মর্ষ হৃদয়ো ব্রহ্মধ্রুক্ চ লোকে চ কীর্ত্তি মসতী মবাপ্স্যতি।
যদঙ্গজাং স্বাং পুরুষ দ্বিড়ুদ্যতাং ন প্রত্যষেধন্মৃতয়েঽপরাধতঃ॥ ৩০

বদত্যেবং জনে সত্যা দৃষ্ট্বা সুত্যা গমদ্ভুতম্।
দক্ষং তৎপার্ষদা হন্তুমুদতিষ্ঠন্ নুদায়ুধাঃ॥ ৩১

তেষামাপততাং বেগং নিশাম্য ভগবান্ ভৃগুঃ।
যজ্ঞঘ্নঘ্নেন যজুষা দক্ষিণাগ্নৌ জুহাব হ॥ ৩২

---

মী পুম্নমক লাই পুম্বা কয়ানা অসুম্না ভাংনতুনা সতীগী অঙকপা ওন্তোকপা "অসুত্যাগ" থরাই থাদোকপা উনা উনা য়েংনা য়েংনা মাগী পোকচবী মচাবু থামখিদে য়েংতুনা লৈবা ছমই, ফত্তে দক্ষ হাযবসে জগৎসিদা ফত্তবা "দৃষ্ট্বেতি" মিংচৎ থিবতা ফংগদবনি জগৎকী মবুংঙো তাইবংপানববু ফনবা তৌবিরিবা মহাদেববু মানা য়েকনবা ওইরি॥ ৩০

পুম্নমক্না অসুম্না ভাংনববদা সতীগী থরাই থাবা জগৎ শিনবা থুংনা ভাংনবকপা তাদবা লৈখিদ্রে শ্রীমহাদেব থংলে উরগা মহাদেবগী মনাই থিবিক থুংলাই পাইরতুনা দক্ষ প্রজাপতি হাৎননবগী দমক হৌগৎখ্রে॥ ৩১

অসুম্না মহাদেবগী মনাইশিংনা ফুক্কল্লকপা ১দি হোৎচল্লকপা উরবদা ব্রহ্মাগী মচা ভগবান্ ভৃগুনা দক্ষিণাগ্নি ওইবা মৈদা যজ্ঞবু থুগাইগে থৌরাংবশিংবু যজ্ঞমন্ত্রনা "ওঁ অপহতংরক্ষ" হায়দুনা হোম তৌখি॥ ৩২

অধ্বর্য্যুণা হূয়মানে দেবা উৎপেতু রোজসা।
ঋভবো নাম তপসা সোমং প্রাপ্তাঃ সহস্রশঃ ॥ ৩৩

তৈ রলাতায়ুধৈঃ সর্ব্বৈঃ প্রমথাঃ সহগুহ্যকাঃ।
হন্যমানা দিশো ভেজু রুশদ্ভি ব্রহ্মতেজসা ॥ ৩৪

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিত্যায়াং বৈয়াসিক্যাং চতুর্থস্কন্ধে সতীদেহোৎসর্গো নাম চতুর্থোঽধ্যায় ॥ ৪

---

অসুম্মা পুরোহিত ভগবান্ ভৃগুণা হোম তৌরবদা ঋভু কৌবা সোমভাগ ফংবা লাই লিশিং লিশিংনা পাঙ্গল থোক্লা মৈনুংদগী (হোমদগী) চোংথোরকখি ॥ ৩৩

ব্রহ্মতেজসাঃ=মতৌ অসুম তৌহুনা কল্লবা ঋভু কৌবা দেবতা ময়াম্মা, অলাতায়ুধৈঃ=মৈহুম্মা, মৈহুম্মা থুৎলাই ওইহুনা, তৈঃ হণ্যমানা=মখোইশিংনা তান তান্দুনা ফুগাইরকপদগী, সহগুহ্যকাঃ =গুহ্যকশিংগা লোইনরবা, সর্ব্বে প্রমথা দিশঃ ভেজুঃ অয়াম্বা প্রমথ গণ কাংলুপ মহাদেবগী মনাইশিং ( মাইকৈ থংদনা চেনখি) মখোই খাংবা ঙমদনা মাইকৈ কয়ামুক্তা কাইহুনা চেনখরে ॥ ৩৪

চতুর্থস্কন্ধগী সতীদেহ ত্যাগ কৌবা ৪শুবা অধ্যায় লোইরে।

* * * * * * *

ষোডশোপচারানি হায়বসি মথক্কী লমায় ৫৫দা উৎখরে। আসনং, স্বাগতং, পাদ্যং, অর্ঘ্যং, আচমনীয়ক", স্নানীয়জলং. বস্ত্রং, আভরণং, যজ্ঞোপবীতং, গন্ধং, তুলসী, পুষ্পং, ধূপং, দীপং, নৈবেদ্যং, ফল তাম্বুলং অসিনচিংবা। দেবতা অমা পূজা কৎপা তারবদি পোৎলম ১৬ অসি কংকনি। অহনবা কয়.ম লৈবি দেবতাশিং খেন্নবা লৈবনা হায়বদি লৈ পরেং, তুলসী পরেং, বস্ত্রী আরতীনচিংবা পুষ্পাঞ্জলি, প্রার্থনা, প্রদক্ষিণম্ (লাই কোইবা) প্রণাম (খুরুম্বা)। দেবতাগী পূজাদা পোৎলম ১৬ কৎপা ডমদ্রগা ১০ নত্রগা ৫ কৎপা য়াই। ওডাই ফদ্রবদি ঈশিং অমদি লৈনা কৎপস্থ য়াই।

নিতি সেবা ওইববদি পোৎলম ২ (অনি) না নত্রগা ৫ (মঙা) না কৎপস্থ সামান্য পূজাদি ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রী বৈশ্য অমস্থং শূদ্র নুপী অঙাং পুম্নমক্ক য়াই। নৈমিত্তিক পূজা ওইরবদি অথংবা ব্রাহ্মণনা পূজা তৌগনি, মরমদি—পূজা হায়বসি জীবন্যা (স) ধ্যান, আবাহন, প্রণাম, পূজা, হোম জপ, তর্পণ, অভিষেক, স্তোত্র, কবচ, অমস্থং পাঠ অসিনচিংবা মথল লৈবনা মী খুদিংমক্কী মথৌ ওইদে।

অথোংবা, অমুনবা কৎকদবা অমদি কৎলোইদবা পূজা মথল চপ মান্নদে, কৃষ্ণ বিষ্ণু নারায়ণ অসিনচিংবদা তুলসী পত্র তঙাইফদে শিব, দুর্গা, দেবীশিংদদি বিল্বপত্র হৈথাগোক কৎকনি, লাই পূজাদা আসন হায়বসি মনি মুক্তা সনানচিংবনা শাবা ওইগনি মতু ডমদ্রগা মমল থবদং কৎকনি, নত্রগা তুলসীনা কৎকনি। শিবনচিংবদদি হৈথাগোকনা, লক্ষ্মীগী ওইবগনা সনানা, শনিগী য়োৎকী আসন নত্রগা লুপাগী আসন, য়োৎকী ফিবাম, অমুবা সে. খ্বাংচেং নমথাং অসিনচিংবস্থ কৎকনি।

## অপরাধ মথল থরা—

অপরাধ মথল অহুমনি মসিগী মমুংদা সেবা অপরাধ মথল ৩২—

১। গাড়ী, খোংউপ, খুরুম তোংদুনা মন্দিরদা চৎপা তৌহৈদে।

২। জন্মাষ্টমী. ঝুলন, রাস রথ যাত্রশিংদা উৎসব, দর্শণ তৌদবা।

৩। শ্রীমুর্ত্তি (ঈশ্বরগী মূর্ত্তি) উরগা ভক্তি তৌদবা খুরুমদবা।

৪। লুথাক শেংদোক্লিবৈদা মাংলবা ফিভমদা ভগবানবু খুরুম্বা।

৫। খুৎ নামতনা খুরুম্বা মথক্তা পনখ্রিবশিংসি অপরাধ ওাক্তনি, শ্রীবিগ্রহগী মমাংদা মখাগী থবকশিং অসি তৌবদি অপরাধ ওইরে।

৬। প্রদক্ষিণ (লাই কোইবা) মতমদা লাইমাংদা ভুং ওনশিনবা।

৭। খোং তিংথোকপা হায়বদি ঈশ্বরনা লৈবা মাইকৈরোমদা।

৮। ফিনা খুকউগা নঙ্গনগা পান্নানা পুনশিন্দুনা খুকউ অনি রাংনা খুৎনা কোইশিন্দুনা নিংডাইবা লৈতনা ফম্বা।

৯। লাইমাংদ ইপ্পা। ১০। চাবা। ১১। মিনম্বা ঙাংবা।

১২। হৌনা ঙংদুনা রা ঙাংবা। ১৩। কপ্পা. ১৪। খৎনবা।

১৫। নাম শ্রবণ তৌরিবৈদা, মী অমগা অমগা রারেম ঙাংনবা।

১৬। মীবু ওৎপা, নৈব', রারকপা। ১৭। লুনা চান্না তৌবা।

১৮। কনাগুম্ব অমদা হায়বদি মীঙোন্দা ফত্তবা রাহৈ শিজিন্নবা।

১৯। কম্পোর, কাম্বনা হকচাং য়োমদুনা লৈবা।

২০। হৈবা অনৌবা খোররুগা ভগবান্দা কৎত্রিবৈদা মত্থ চাবা।

২১। মীবু মপা চাদনা থাগৎপা। ২২। অকাম্বা রাহৈ হায়বা।

২৩। বাত কর্ম্ম তৌবা (ভুংশিং থাইবা)।

২৪। ওন্না ওন্না ওমশিন্নদবা। চম্বা পোৎচংবা সেবা পূজা তৌবা।

২৫। লাইদ কত্তবা পোং চাক চাবা, ২৬। মীবু তুহৎনা ভাংবা।
২৭। কুম অমগী অমৌবা পোংশিং চাগ্রবগী তুংদা অরেম্বা কৎপা।
২৮। শ্রীবিগ্রহ (দেবতা) গী মাংদা মী থুরুম্ববা অমদি ওকনবা।
২৯। তুং ওম্থোক্লা ফম্বা। ৩০। ইশানা ইশাবু থাগৎচবা।
৩১। গুরুদেব লেংলক্লগা তরাম তরামনা ভক্তি ব্যবহার তৌদবা।
৩২। অতোপ্পা ঐগী নত্তবা দেবা দেবীবু নিন্দা তৌবা।

** ময়াম অসি অপরাধ ওাক্তুনি। মরু ওইনা মুপীশিংনা থোংক্রম অমসুং মাইরেন থাইবা, নিপানা চিম্বা মৈ মুথৎলবদি মিৎ শোকই, মসিস্থ তৌফদে সেবা অপরাধগী মমুং চল্লী।

বরাহ পুরান্দা হায়বা সেবাপরাধ য়ামগ্রে মসিস্থ মশিং ৩১ নি,

১। বিপদ খুদোংথিবা লাক্লবদসু রাজাম (নিংথৌগী মচেং চাবা)
২। অমম্বা কা মন্দিরদা য়ুম মমুংদা শ্রীবিগ্রহবু থুংনা শোকপা।
৩। অমাংবা ফি শেত্তুনা আচমন তৌরুদনা বিগ্রহবু শোকলুবা।
৪। মন্দির থোং হাংদোক্কে চংগে হায়রবদি থুবাক তলক খুদনা অমদি শরিক মথোন তলক থোকহনদনা লাইমুংদা চংবা।
৫। ভগবান্দ শা, ভা কৎপা।
৬। থোংউপ, খুরুম তোংলগা মন্দির চৎপা।
৭। হৌদোং হুইনা মনম নম্লবা, (নমগ্রবা) পোং কৎপা, চাবা।
৮। পূজা তৌনা তৌনা মরি লৈনদবা বা ভাংবা।
৯। পূজা তৌরিঙৈদা মপান ইপান থোকপা।
১০। লৈ চন্দন কৎত্রিঙৈদা ধুপ থাওমৈ কৎপা।
১১। শ্রাদ্ধনচিংবা তৌদ্রিঙৈনা নবান্ন (চানৌ) চাবা।

১২। কংসৈদবা নৈ কতুনা পূজা তৌব। সেবাপরাধ ওই।
১৩। চিন-মা শেংদ্রিবৈদা লাইগী থবক তৌবা " "
১৪। মুপীগা সম্ভোগ তৌকরগা স্নান তৌদবা ঈশ্বরগী সেবা চংবা।
১৫। ঋতু লৈলিবা মুপীবু মশা শোকলুবগা " " "
১৬। থাওমৈবু শাইরুরগা সেবা তৌবা সেবাপরাধ ওই।
১৭। অশিবা হকচাং পায়কবগা ব্রত তৌদবা " "
১৮। ফি অঙাংবা শেংলগা। ১৯। অশংবা নত্রগা অফোংপা...
২০। শু-চামদ্রিবা ফি অমসুং শেংদ্রিবা মীওইগা শোক্লকবগা।
২১। মীগী ফি রাইদুনা শেংপা। ২২। অমোংপা ফি শেতুনা।
২৩। অশিবা মী উকরগা। ২৪। নুংশিৎ থাইরগা ইকদনা।
২৫। শাউনা শাউনা সেবা তৌবা অমদি চাবা থকপা অসিনচিংবা
২৬। মোংফমদা চৎলুবগা ইকজদবা, মৈ ওক্তবা শেংদোক্তবা।
২৭। হান্না চাবা পোৎ তুমদ্রিবৈদা (প্রসাদি) হন্না চাবা হুনি।
২৮। শা-ঙা চাকরগা। ২৯। গঞ্জা, কানি, কা চাকরগা।
৩০। ঙা চাবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনা। ৩১। কুশুম শাক চাবগা
৩২। মনম চেনবা নত্রগা চেন্দবা খাউ তৈরগা সেবা তৌবা।

মথক্তা পনখ্রিবশিং অসি শ্রীবিগ্রহ শোকপা পায়বা নত্রগা সেবাগী থবক তৌরবদি অপরাধ ওইরে। দেবা দেবী অমা পূজা তৌবিবৈদা হুই, হৌদোং, য়েন, অমাংবা কাংবু চংলক্তনবা য়াম্না চেকশিনগনি মন্ত্রদুনা করিগুম্বদা থেংথ্রবদি অদু পুম্না অপরাধনি।

**কুম অমগী অহানবা লাকপা ফৌ ঈশ্বরদা পিতৃশিংদা কৎলগা চাগদবনি।

অপরাধ চৌরাক্লা মথল অহুমনি হায়সি মথক্তস্ম খরা পনথ্রে, অহুবু বরাহ পুরাণদা শ্রীভগবান মশামক্লা হায়রম্বা (তাকপিরম্বা) অপরাধ ওইবা মথল ২৪ মথং মনাওশিং মখাদা পিরি—

১। ভক্তি শাস্ত্রগী বিধি খাদোক্তনা মরম্লাই খুসি রাশি মওংদা ভগবান পূজা তৌবা অপরাধগী মশকনি।

২। ভক্তি শাস্ত্রবু য়াদহুনা অতোপ্পা শাস্ত্রবু লুনা তৌবা……।

৩। মডোন্দা কৎপা পোত্তা কুশুম শাক হাপ্পা অপরাধগী মশক্নি,

৪। লাইগী মাংদা ক্বা চাবা, ৫। আসুরিক কালদা পূজা তৌবা,

৬। ফাল, লা, লৈবাক্তা ফমহুনা পূজা তৌবা অসিসু অপরাধনি

৭। শ্রীভগবানবু খুৎ ওইনা পায়রগা স্নান তৌবা ” ”

৮। লৈমন্না পূজা তৌবা, ৯। মন্দিরদা ভিন শিৎপা ”

১০। পূজাদা নাপন তৌবা ১১। চন্দন খোয়না বিল্লগা পূজা…

১২। দেবতাশিংগী কৎহৈদবা লৈনা বিশেষ ওইনা কৎপা. ভম্না ২ মীডোন্দগী তুলসী পত্র অমদি লৈ-শু নিহুনা পূজা তৌবা।

১৩। মন্দিরদা চংলমদাইদা স্নান তৌদবা, খোং-খুৎ হামদবা…।

১৪। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব নত্তবা মীওইনা খোং থাকপা পোৎ কৎপা…।

১৫। বৈষ্ণব নত্তবা মী মমাংদা পূজা তৌবা অপরাধগী মশক্নি।

১৬। গণেশগী পূজা তৌদ্রিডৈদা দেবা দেবী পূজা হাম্না তৌবা…

১৭। ব্রহ্মচারীগা তান্ত্রিকা লোয়মনা রারি শানা ২ পূজা তৌবা…

১৮। খুজিনগা শম্নবা ঈশিংনা ভগবানবু স্নান তৌবা কৎপা…

১৯। পূজা তৌরিঙৈদা কান্নদবা না ঙাংবা অপরাধগী মশক্তি।

২০। হকচাংদা হুমাং চোংনা চোংনা পূজা তৌবা অপরাধনি।

২১। ভগবানগী নির্মাল্যবু থৌশাদবা মীশিং অপরাধগী মশক্তি।

২২। সাধুশিংনা য়াদবা নত্রগা শাস্ত্রনা য়াদবা খবকশিং তৌবা…।

২৩। শাস্ত্র বিধি ইন্দবা, ২৪। পাঙ্গোং কেগে মপাল কৎপা।

হায়রিবা অসি নৈবা মরম্মা মুন্না বিচার তৌহুনা ঈশ্বরগী পূজা, সেবা তৌবদা চেকশিনগদবা ওই।

* * * * * * *

## উপবাসগী লক্ষণ অমসুং মথল

মচ্ছয়নে মদুত্থানে মৎপার্শ্ব পরিবর্ত্তনে।
ফলমূলজলাহারী হৃদি শৈল্যং সমার্পিতম্॥
অত্রদীক্ষিতঃ কশ্চিৎ বৈষ্ণবো…… ॥

---

উপবাস হায়রগা চরা হেনববু খংনৈ। চরা হেনবা অসি মখং তৌনা নত্রগা খুদোং থিবা অমদগী চরা হেনবা অমা, বেদগী বিধিনা মরম ওইহুনা হেনবা অমা মতৌ অস্মুম্না অনি গুই।

বেদবিধিনা চরা হেনবা অসি নিত্য, কাম্য অস্মুম্না অনি গুই। একাদশী, জন্মাষ্টমীনচিংবগী উপবাস অসি বেদগী বিধিদগী হেনবনি, মখোইসি নিত্যসু ওই, কাম্যসু ওই। নিত্য উপবাসদা অয়ুক, নুমিদাং চরা অমি হেনগনি, কাম্য উপবাসদা চরা হেনগদবা হায়বদি উপবাস তৌগদবা নুমিংতুগী মথক্কী নুমিদাং, মথাগী অয়ুক, অদুগা উপবাস নুমিংকী অয়ুক, নুমিদাং চরা মরি অসি হেনগনি।

একাদশীগী ব্রতবু নিত্য, কাম্য অনি ওইববদি কাম্য ব্রতদি—ব্রততহ্ কামানা তৌদ্রবদি (পামদ্রবদি) তৌদবা য়াদনা একাদশী ব্রত তৌদবসু য়াবা তারে হাইনিংবদা নিত্য, কাম্য অনিগী বিরোধ লৈনদবগী যুক্তি লৈবনা একাদশী ব্রত থাদোকপা য়াদে।

চরা অনি হেনবা ঙমদ্রগা নক্ত ব্রত। অমুকী চরা) অসি হেনগনি নত্তগা এক ব্রত তৌগনি। হায়বদি ঙমিদাং অহুত্তং চরা হেনগনি। কবিগুম্বদা মশা নাতুনা চরা হেবা ঙমদ্রফাওবদা মচা অমসুং মুপী, মচিন-মনাও, মচন, মচেবু হেনহলগনি।

** ব্রতদা পাল, মঙ্গা মচৈ-মবোং চাবা ব্রত কাইদে।

## উপবাস তৌগদবা মীশক

১। চহি ৮ শুবদগী চহি ৮০ ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা মীওই (বৈষ্ণব) কৃষ্ণা-শুক্লা পক্ষ অনিগী একাদশী ব্রত তৌগনি।

২। মপুরোইবা লৈরিবী বৈষ্ণব নুপী " " "

৩। যুম মাংলিডৈদসু রজস্বলা ওইরিডৈদসু " "

৪। মশা শোন্দুনা মশানা ব্রত তৌবা ঙমদ্রবসু মচাবু নত্তগা মাগী নুপী, মচিন-মনাওবু ব্রত অহু তৌহনগনি।

৫। নিত্য ব্রতদদি ব্রত অমা তৌরবদি নিয়ম কয়া তৌগদবহু থরা রাংলবসু ব্রতহু মপুং ফাবা শিংদা চল্লি।

চরা হেনবা নুমিৎতুগী নোংঙানবদা পূর্ব্বাহ্নদা চাবহুবু পারণা কৌই। চাবসি ভংডাইফদনা চাগদবনি, চাবগী থুদোংথিবনচিংবা লৈরগসু ঈশিংদং থক্লগসু পারণা শিংদা চল্লি।

## একাদশীগী উপবাসসি বৈধনি অমসুং নিত্যনি

বৈষ্ণব জাতিনা তৌনবা বেদ বিধিনঃ খংহনবা উপবাস মুশিত্তা বৈষ্ণবনা বৈষ্ণব পিতৃশিংগী তংঙাইফদনা শোন্দবা য়াদবা শ্রাদ্ধ অদু শোনবা য়াদে হায়না মথক্তা হায়খিবা অদুদা। বৈষ্ণবনা তৌগদবা বৈধ উপবাস অদু করি করিদনো হায়না। হংনিং খংনিংফম থোকই। মদু মথাদা মথং মথং হায়রক্লি মদুদি— একাদশী, কৃষ্ণজন্মাষ্টমী, নরসিংহচতুর্দ্দশী, শিবচতুর্দ্দশী, রামনবমী অসিনচিংবদা বৈষ্ণবশিনা উপবাস তৌগনি হায়না বেদ বিধিনা খংহনবনা একাদশীনচিংবগী উপবাসসি বৈধনি। তংঙাইযদনা তৌদবা য়াদবনা নিত্যনি হায়না বৈষ্ণব স্মৃতিদা খংহল্লি।

একাদশীগী উপবাস অসি বৈষ্ণবকী থাদোকপা য়াদবা ধর্ম্মনি। ধর্ম্মগী লক্ষণদা 'বেদনা খংহনবা মশাগী ফননবা তৌবদুবু ধর্ম্ম কৌই' হায়না হায়খিবনা শংশংবা বেদ রাহৈনা একাদশী ব্রত অসি তৌগনি হায়না খংহনববা? স্মৃতিনা নত্রগা সদাচারনা অনুমান তৌহনা খংবা বেদনা একাদশী ব্রত তৌগনি হায়না খংহনবরা? অসুম্না হংনিংবদা স্মৃতিনা অনুমান তৌবা বেদনি। স্মৃতি অদুদি করিনো? হায়রবদি "নিত্যং শক্তি সমাযুক্তৈ··· " নারদস্মৃতিনা অমসুং "একাদশী সদোপোষ্যা · " বিষ্ণু ধর্ম্মোত্তরস্মৃতিনা খংহল্লি।

একাদশী ব্রতসি শৈব, শাক্ত সৌর, গানপত্য, বৈষ্ণব কাংলুপ মঙা অসিনা তৌগদবনি।

একাদশী এতসি মথক্তা হায়খিবা কাংলুপ মচা (৫) না তৌগনি হায়রবা অসিদা একাদশী অসি অরুণোদয়দশমীবিদ্ধা, পূর্ণতা, ক্ষয়, বৃদ্ধিনচিংবা মখল কয়া লৈবনা মাগী মাগী কাংলুপনা লৌনরকপা স্মৃতি স্মৃতিচুগী মতুং ইন্না ব্রত নুমিৎ তোঙানবা কথা উবা ফংই। খুদম—অরুণোদয়দশমীবিদ্ধা একাদশী নুমিত্তা বৈষ্ণব নত্তবনা ব্রত তৌবৈ বৈষ্ণবনা তৌনদে তৌইগুম্বসুং দ্বাদশী নুমিত্তা ব্রত তৌই।

মতৌ অসুম্না কৃষ্ণজন্মগী অষ্টমী লৈত্তবদা শিবরাত্রিনচিংবগী চতুর্দ্দশীনচিংবা লৈত্তবদা অষ্টমীতিথি লৈবা সপ্তমী নুমিত্তা অমসুং চতুর্দ্দশী লৈবা ত্রয়োদশী নুমিত্ত। বৈষ্ণব নত্তবনা কৃষ্ণজন্ম শত অমসুং শিবরাত্রি ব্রত তৌবৈ বৈষ্ণবতি তৌরোই নবমীদা তৌগনি।

একাদশীনচিংবগী বিদ্ধানচিংবা মখল কয়াদা বৈষ্ণবকা বৈষ্ণব নত্তবগা ব্রত নুমিৎ তোঙানবসি লৈবনা বৈষ্ণবনা চেকশিনবা রাগ্না ভ্রম প্রমাদ ওইদুনা ব্রত নুমিৎ অসি ওন্নবা তৌদুনা ব্রত তৌগ্রবদি মথক্তা হায়খিবা বৈষ্ণবতি ব্রত নুমিত্তা শ্রাদ্ধ শোনবা যাদে। হায়খিবা রাক্ষস অদু লৌদুনা শ্রাদ্ধ শোনবা য়াব নুমিত্তা শ্রাদ্ধ শোন্দবা অদুগা শ্রাদ্ধ শোনবা যাদবা নুমিত্তা শ্রাদ্ধ শোনবা তাগদৌবি। মদুনা পিতৃলোক ফাওবদা মশাগী মবান লংশনবা ওইগদৌবি শ্রাদ্ধচুম্সু শোন্দবগা মান্নগদৌরি, মরম বয়াসি লৈবনা বৈষ্ণবনা ব্রত নুমিৎ লৌবদা ওন্নখিদনবা য়াম্না চেকশিননি ঙাইনি।

** তিথি অদুগী দণ্ড অদু নুমিৎ হেক থোকপদগী তৌরগা হয়েংগী নুমিৎ থোকপ ফাওবা লৈব। তিথি অদু পূর্ণ। তিথি হায়না খংনে। একাদশী তিথিদি অরুণোদয়দগী হৌবকপনা হয়েংগী নুমিৎ থোকপা মতমদু য়ৌনা লৈবা একাদশী অদু পূর্ণ একাদশী হায়না খংনৈ।

## অরুণোদয়গী লক্ষণ

"উদয়াৎ প্রাক্ চতস্রশ্চ ঘটিকা অরুণোদয়" অসিনচিংবা স্কন্দ-পূরাণনচিংবগী বচন মতুং ইম্না—

অরুণোদয় কৌবদি হুমিং থোকপা পুংদগী ঘটিকা পুং মরি (৪) চখৎপগী মতমত্তুবু অরুণোদয় হায়না খংনৈ। ঘটিকা পুং মরি (৪) হায়বসি রাত্রিমানগী (অহিংদা নৈবা পুং অহুগী) শরুক নিপান (৮) থোকপগী অমা অহুবু ঘটিকা পুং মরিনি হায়না খনগনি। রাত্রিমান নোংম নোংমগী খেন্নবনা অরুণোদয়গী ঘটিকা পুংস্ম নোংম নোংমগী খেন্নগনি। ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদা হায়রি মহুদি—হুমিং অমা তাবদগী হুমিং অমা থোকপা ফাওবগী মতমবু শরুক ৪ থোকপগী শরুক অমবু য়ুথক (যাম প্রহর) হায়না খ'নৈ, য়ুথক অমগী শরুক মরি (৪) থোকপগী শরুক অমা অহুবুনা নাড়ী নভ্রগা ঘটিকা হায়না খংনৈ।

১। একাদশী অহুনা পূর্ণা ওইহুনা অরুণোদয়দশমী বিদ্ধা একাদশী।
২। একাদশীহু অনিশুরবা (একাদশীনা সূর্য্যোদয় ২রক ফংলবরা)।
৩। একাদশী নৈতবা ( একাদশী অহু সূর্য্যোদয় ইফং ফংদবা )।
৪। একাদশী অহুনা পূর্ণা ওইরগা দ্বাদশী অহু অনি শুরবা।
৫। একাদশী অহু শুদ্ধা ওইরগা দ্বাদশী নৈতবা।

হায়রিবা একাদশীগী মওং মওা অসি থোক্লরবদা বৈষ্ণবনা উপবাস তৌগদবা হুমিং অহু মথং মথং হায়রি।

অরুণোদয়দা দশমীনা বিদ্ধা ওইরবা একাদশী হুমিং অহুদা বৈষ্ণবনা করিগুম্বদা উপবাস তৌরোই হায়বগী মরিদা হরিভক্তি-বিলাস গ্রন্থকর্ত্তানা প্রমাণ কয়া পুখৎলি। প্রমাণ কয়া অসিনা মরম ওইহুনা অরুণোদয়দশমী বিদ্ধা একাদশীদা বৈষ্ণবনা করিগুম্বদা উপবাস তৌরোইদবনি।

পক্ষ অদুদা অরুণোদয়দশমী বিদ্ধা একাদশী ত্তারবদি মথক্তা হায়খিবা প্রমাণশিং অসিনা মরম ওইদুনা একাদশী সুমিৎ অদুদা উপবাস তৌবা থাদোক্তুনা মথাগী দ্বাদশী অদুদা উপবাস তৌগনি হায়না পদ্মপুরাণ, নারদপুরাণ অসিনচিংবা পুরাণশিংনা হায়রি।

অরুণোদয়বেলায়াং যেকাদশী মিশ্রিতা ভবেৎ।
তাং ত্যক্ত্বা দ্বাদশীং শুদ্ধামুপোষ্যেদবিচারয়ন্॥
একাদশ্যান্তু বিদ্ধায়াং নোপবাসার্চ্চনাদিকং।
দ্বাদশ্যাং তৎ কুর্য্যাৎ ত্রয়োদশ্যান্তু পারণম্॥

২। একাদশী অনি শুরবদি দ্বাদশী লৈরবসু লৈত্রবসু অকোনবা একাদশী সুখিত্তা বৈষ্ণবনা উপবাস তৌগনি।

৩। একাদশী অদু ক্ষয় ওইরবদি বৈষ্ণবনা দ্বাদশীদা উপবাস তৌগনি হায়না গোভিল মুনিনা (তাকপিরমই) হায়রি।

৪। একাদশীনা পূর্ণা ওইরগা দ্বাদশী অনি শুরবদি বৈষ্ণবনা অহানবা দ্বাদশীদা উপবাস তৌরগা অকোনবা দ্বাদশীদা পারণা তৌগনি হায়না তন্ত্রদা হায়রি।

৫। একাদশী অদু শুদ্ধা ওইনা লৈরগা (অরুণোদয়দশমী বিদ্ধা ওইদনা লৈরগা) দ্বাদশী লৈত্রবদি বৈষ্ণবনা একাদশী অদুদা উপবাস তৌরগা ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি হায়না কূর্ম্মপুরাণনা হায়রি।

** বিদ্ধা একাদশীদা গান্ধারীনা ব্রত তৌরুবদগী মচা ১০০ (চামা) মাংখি, মরম অসি লৈবনা বৈষ্ণবনা মুন্না থম্বিগদবা ওই।

## কৃষ্ণজন্মগী উপবাস মুমিৎ

কৃষ্ণজন্মগী উপবাস অসি বৈষ্ণব, শৈব শাক্তন চিংবা হিন্দু অমসুং সম্প্রদায় মঙামক্না তৌগদবনি।

শ্রীকৃষ্ণ থৌনভাদ্রমাসগী কৃষ্ণা অষ্টমীদা (থবান ২৩নি পানবা) নোংয়াইদা রোহিণী নক্ষত্রদা বৃষ রাশিদা, সূর্য্যনা সিংহ রাশিদা লৈবা মতমদা অবতার তৌই।

অষ্টমী লৈত্রবদি বৈষ্ণবতি নবমী মুমিত্তা উপবাস তৌগনি।

অষ্টমী অনি শুরবসি মুমিৎ নিনিমক্তা লৈবা অষ্টমীহ রোহিণী নক্ষত্রগা লৈমিন্নরবদি মথক্কী অষ্টমী মুমিত্তা উপবাস তৌগনি।

অষ্টমী অনিদি শুরগা রোহিণী নক্ষত্র অহ নোংমদি অষ্টমীগা কোম্নবা নোংমথীদদি কোম্নদ্রবদি রোহিণী নক্ষত্র কোম্নবা অষ্টমী মুমিত্তুদা উপবাস তৌগনি।

## রাধাজন্মগী উপবাস মুমিৎ

রাধাজন্মগী উপবাস অসিদা অষ্টমী অহুনা অনি শুরবদি অমসুং ক্ষয় ওইদ্রবদি উপবাস মুমিৎ চিংননিংঙাই লৈতে। তৌইশুবসুং অষ্টমী অহু অনি শুরবদি নত্রগা লৈত্রবদি করি মুমিত্তা উপবাস তৌগদগে হায়না চিংনবা "একত্র দৃষ্টঃ শাস্ত্রার্থো বাধকংবিনা-ন্যত্রাপি দৃশ্যতে" হায়বা ন্যায় অসিনা মরম ওইহুনা কৃষ্ণজন্মগীদা চিংনবা লেপ্পগুম্না লেপকনি। হোপ-তোপ্পদি অষ্টমী অনি শুবদা

কৃষ্ণজন্ম উপবাস হুম্মিং লেপ্লদা রোহিণী নক্ষত্রমা নিয়ম তৌবগুম্না অষ্টমী অনিগুবদা রাধাজন্ম উপবাস হুম্মিং লেপ্লদা বিশাখা নক্ষত্রনা নিয়ম তৌগনি। অদুগা "ভাদ্রমাসি" অনিদা ভাদ্রসি পৌণ মুখ্য সৌর অর্থ মথল অহুম অনিগী মন্নুংদা করম্বনো হায়বদু কৃষ্ণজন্মগী মাস (খা) লেপ্পগুম্না লেপকনি।

## রামনবমীগী উপবাস হুমিং

রামনবমী উপবাসকী মরমদা নবমী অমা অনি গুত্রবদি নত্রগা কয় ওইত্রবদি উপবাস হুমিং লেপ্লদা চিংনচিংঙাই লৈতে, অনি গুরবদি নত্রগা লৈত্রবদি বৈষ্ণবনা করি হুমিত্তা উপবাস তৌপদগে হায়বা অদু মথাদা (উৎলি) হায়রি—

১। নবমী অনি গুরগা দশমী লৈরবদি পুনর্ব্বসু নক্ষত্র তিন্নবা নবমী অদুদা বৈষ্ণবনা উপবাস তৌগনি।

(ক) নবমী অনি গুরগা দশমীসু লৈরগদি হুমিং নিনিমক্তা লৈবা নবমী অদু পুণর্ব্বসু নক্ষত্র কোম্নরবদি অহানবা নবমী অদু মধ্যাহ্নদা ফংবদগী অহানবা নবমী হুমিত্তা উপবাস তৌগনি।

(খ) নবমী অনি গুরগা দশমী লৈত্রগদি অকোনবা নবমীদা উপবাস তৌগনি।

২। নবমী লৈত্রবদি অষ্টমী বিদ্ধা নবমী অদুদা (অষ্টমী হুমিত্তা) উপবাস তৌগনি। বিদ্ধা ওইরবসু "উপোষণংনবম্যাংবৈ দশম্যা মেব পারণং" বচনসিনা দশমীদদা পারণা তৌগনি হায়বসিদগীনি।

৩। নবমী অনি গুদ্রবসু দশমী লৈত্রবদি অষ্টমী হুমিত্তা অষ্টমীনা বিদ্ধা ওইরবসু বৈষ্ণবসু উপবাস তৌগনি, মরমদি মথক্তা হায়খিবা দশমী নগুগী মনুংনা পারণা তৌদবা য়াদে হায়বদুদগীনি।

## নরসিংহ জন্মগী উপবাস নুমিৎ

নরসিংহজন্ম উপবাস নুমিৎ অসি চতুর্দ্দশীনা অদি গু নক্ষত্রগা ক্বয় ওইত্রবদি চিংননিংঙাই লৈতে।

১। চতুর্দ্দশী লৈত্রবদি পূর্ণিমাদা উপবাস তৌগনি, ত্রয় বিদ্ধা চতুর্দ্দশীদা নরসিং পুরাণনা উপবাস তৌরোই।

২। চতুর্দ্দশী অনিশুববদি স্বাতী নক্ষত্রগা লৈমিন্নবা মুং উপবান তৌগনি।

৩। চতুর্দ্দশী অনিশুবগা নুমিৎ নিমিন্নক্তা লৈবা চতুর্দ্দশী স্বাতী নক্ষত্রগা লৈমিন্নরবদি নক্ষত্রগা স্বাতী নক্ষত্র ইরৈ লৈমি অহানবা চতুর্দ্দশী অহুদা উপবাস তৌগনি। মরমদি নরা পোকপা মতম সায়ংদা অহানবা চতুর্দ্দশী অহু লৈবদগীনি।

## শিবরাত্রিগী উপবাস নুমিৎ

গৌণ ফাল্গুন মাসগী কৃষ্ণা চতুর্দ্দশী নুমিত্তা শিবরাত্রি ব্রত তৌগদি হায়না পদ্ম পুরাণনা হায়রি, পদ্ম পুরাণগী বচননা থ তৌদুনা থংনবা বেদ বিধি অহুনা উপবাস তৌবদগী শিবরা উপবাস অসি বৈধ উপবাসনি।

১। চতুর্দ্দশী লৈত্রবদি অমাবস্যা নুমিত্তা বৈষ্ণবনা উ তৌগনি মরমদি ত্রয়োদশীনা বিদ্ধা ওইবা চতুর্দ্দশীদা বৈ উপবাস [illegible] য়বদগীনি।

২। চতুর্দ্দশী অনি শুববদি অহানবা চতুর্দ্দশী অহুনা চংক্রকপা দণ্ড ৯ (মেদি) মতম অহুকা (প্রদোষদা) লৈবদগী চতুর্দ্দশী নুমিত্তা উপবাস তৌগনি।

৪৫২৩ [illegible] — নিত্য কর্ম্ম পদ্ধতি সম্পূর্ণম্॥

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে॥

